# মন্ত্রী মচানা মনাগী শক্তি ওনখিবা

(নুংঙাইরবা মুনা বাঙী ধরা)





মাণম প্রমো দেবী

# মন্ত্রী মচানা সনাগী শজি ওনখিবা

(নুংঙাইরবা ফুঙ্গা ৱারী খরা)

ইজবী

সাপম প্রমো দেবী

**Mantri Machana Sanagee Shaji Onkhiba**

A collection of eleven Manipuri folk tales
by Sapam Pramo Devi

Thongju Part II
Ibuthou Thongju Lakpa Leirak, Borai Makhong, Manipur
December 1, 1999
Rs. 20/-

ফোঙবা ঃ অইবী মশা

অহানবা ফোঙবা ঃ দিসেম্বর ১, ১৯৯৯

কোপী মশ্রী ঃ ১০০০






মমল ঃ লুপা ২০/-

লাই য়েকপা ঃ গোনে খোকচোম

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারীমচাশিং অসি শীজিন্নগে অমসুং লৌথোকে
হায়রবদি অইবীদগী য়াম্না অয়াবা লৌবিয়ু।

নম্বম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১
ফংবম ঃ 'বুক কেন্ড', পাওনা বজার, ইম্ফাল অমদি অতে দুকানশিং

# ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যগী পূকৈদা খুদোল তমজরিবা লাইরিক অসিনা ঐগী ফোঙজবা অহানবা লাইরিকনি। মাওশিন্নক্রবা সমাজ অসিগী চৎনবী অমা ওইনা লৈরিবা নুমিদাংদা ইপু-ইবেনশিং না ফুঙ্গা ৱারী লীবগী চৎনবী অসি ঐহাক তশেংনা নুংশিজে। কোন্রেংগী মনুংদা মণি-মুক্তা লৈবগুম ফুঙ্গা ৱারীশিং অসিগী মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা কান্নরবা পাউরৌ-পাউতাক ময়াম অসিবু মাওহনজনিংদবদগী "মন্ত্রী মচানা সনাগী শক্তি ওনখিবা" হায়না মিংথোনজবা লাইরিক অসি ইজবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী নুংশিজরবা অবোক অমদি অবোক্কী মনাক্তা ঈশৈ তান্নবা লাকখিবা লৈক্তায়গী অহল লমনশিংনা ঐঙোন্দা লীবিখিবনি।

উপন্যাস, ড্রামা, ৱারীমচা, ৱারেং, শৈরেংগী লাইরিক্কা ৱাই চাইদুনা লৈরবা মণিপুরী সাহিত্যগী পূকৈদা অঙাংনা পাবা য়াবা ফুঙ্গা ৱারীগী লাইরিক য়াম্না মরাঙ কায়না লৈবা উদে। মরম অসিনা লাইওইপ্রবা অহল-লমনশিংনা লীবিরম্বা ৱারীশিংগী মরক্তগী খরা তেনবা ৱারী খরদং খনগৎচরগা অঙাংনা পাবদা নুংঙাইগদবা মওংদা শেমদুনা ইথোকচবনি।

অদুগা, লাইরিক অসিবু লাইরিক ওইনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদোং লৌবিদুনা, শেমদোক শাদোক্তুনা অশোয়বা কয়া য়েংশিনবিখিবদি ইকায়-খুম্নজরিবা ঐগী ওজা ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনি। ওজাগী মফমদা পুন্সিগী শিংবা ওন্নরোইদবা অচৌবা লমন অমা তোনশিনজরে। মসিগা লোয়ননা লাই য়েকপিরিবা গোনে থোকচোম অমসুং প্রেসকী মীওইশিংবু থাগৎচরি।

অরোয়বদা লাইরিক অসিবু পাবিরিবা মীওইশিংগী মফমদা লাইরিক অসিগী কান্নবা খরদং ওইরবসু পীবা ঙমজরবদি লাইরিক অসি ইজরম্বগী মহৈ য়ানজরে হায়না খনজগনি।

সাপম প্রমো দেবী

থোংজু পার্ট টু

ডিসেম্বর ১, ১৯৯৯

# য়াওফম তাকপা

# গুরু অমসুং পরুবান



*মশা নোয়বা গুরুগী পরুবান অদু চুক্তা লেংলগা হাৎপা*

**থায়না** মমাঙঙৈদা গুরু অমগা পরুবান অমগা লম কোয়বা চৎলম্মী। মখোয়না দেশ কয়া মথং মথং লান্দুনা লাকপদা মমৈথংদা দেশ অমা থেংনরম্মী। মখোয়না থেংনরিবা দেশ অদুদি অতৈ দেশশিংগা মান্নদবা তোপ-তোপ্পা চৎনবী অমা লৈরম্মী। চৎনবী অদুদি করিনো হায়বদা লম অদুদা পৈশানা পোৎ লৈবগী থবক অসি তৌনরমদে। পৈশা শীজিন্নদুনা পোৎ লৈবা য়োনবা তৌবগী মহুত্তা পোৎ লৈবা য়োনবগী মওং অসি পোৎকা পোৎকা কোকথোং কোকথোং শীন্ন-শীন্নদুনা ওন্নরম্মী। মতৌ অসুন্না পোৎ খুদিংমক কোকথোংগী চাংদা মমল চপ-চপ মান্নরম্মী। অসিগুম্বা অনৌবা চৎনবী অসিনা

ঙসাইগী পরুবান্দু দেশ অদু থাদোক্তুনা চৎনীংলমদে। মরম অসিনা পরুবান অদুনা গুরু অদুদা হায়রম্মী, "গুরুদেব ঐখোয় দেশ অসিদা অসুম লৈরসি। দেশ অসি য়াম্না নুংঙাইবা লৈবাক্লি।"

বা অসি তাবদা গুরু অদুনা, "ইবুংঙো করিনো? অতৈ দেশশিংগা ইমান মান্নদবা চৎনবী লৈবা লৈবাক অসিদা ইপা ইচা কুইনা পম্বদুনা লৈবা য়াবা নত্তে। অদুনা চৎলসি" হায়না হায়রম্মী।

পরুবান অদুনা, "গুরুদেব, ননাই ঐহাক্তি মতম খরা দেশ অসিদা নুংঙাইনা লৈজহৌখিগে, গুরুদেব খরা হানবীরম্মো" হায়না পরুবান অদুনা মাগী গুরু অদুদা খুরুমগা লৈহৌরম্মী। অদুগা গুরু অদুনা চৎলমদাইদা মাগী পরুবান অদুদা হায়রম্মী—

"নঙনা পাম্লিবদো অরেম্বনি। অরেম্বা পাম্বা অসি মাঙনবগী মশক্নি। অদুবু ফরে নঙনা চৎসি য়াদ্রবনিনা লৈহৌরো। ঐদি মফম অসিদা মীৎকুপ অমা ফাওবা পম্বনীংদ্রে।" অসি হায়রগা দেশ অদু খুদক্তা থুনা থাদোক্তুনা মরৈবাক্তা হনখিরম্মী।

কোকথোং ওন্নবগী চৎনবী অদুবু খুদোং চাবা লৌরদুনা পরুবান অদুদি দেশ অদুদা চৎল্ল কোকথোং অমগসু ফৌ কোকথোং অমগা হেক্তা ওন্না, শীং কোকথোং অমগসু ঙা কোকথোং অমগা হেক ওন্না, লৈঙোই কোকথোং অমগসু থুম কোকথোং অমগা হেক ওন্না ওন্নদুনা অহাউ অহাউবদা চা-থক্তুনা মশা মউ য়াম্না নোয় পেন্না নুংঙাইনা দেশ অদুদা লৈথোক্রম্মী। অদুদগী কমদৌরবগে হায়ববু মতম খরা লৈরগা নোংমা ইঙাগী নোং পুবা নুংশিৎ অমদা নিংথৌগী সনা সঙ্গায়গী অকোয়বদা খারিবা মমল য়াম্নবা, শাবা কুইদ্রিবা চেকপল অদু গ্রোং লাউনা খণ্ডহৌদনা হেক নীংখায়রম্মী। মমল য়াম্নবা চেকপল অদুনা খণ্ডহৌদনা হেক নীংখায়রকপা অদুদা নিংথৌ অদু শাউকনা

মৈ হৌরদুনা, "ওসিগী নুমিত্তা নিংথৌ ঐগী চেকপল অসি শাবদা য়াওখিবা চেকশুবা মখেবু লোইনা কৌখৎতুনা মখোয় লোয়নমক ঐনা হাৎপা হেক ওমগ্রবদি নিংথৌ ঐ লৈবাক অসিদা লৈগ্ররোই" হায়না বাশকুনা লৈবাক শীনবা থুনো শগোল পাউ থাদুনা চেকশুবা মখে লোইনা কৌখৎলম্মী।

অদুদগী কিবনা নীক্রবা চেকশুবশিং অদুনা নিংথৌদা হায়জরম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো হন্দক ইনিংথৌগী চেকপল নীংখায়রিবা অসি ননাই ঐখোয়না চেকপল অসি খাবগী থবক শুবা মতমদা থৌশাদনা থবক শুগে খন্না শুজখিবা নৎচদে। ইনিংথৌগী নজাইবেম্মনা ননাই ঐখোয়না চেক শুরিঙে মতমদা ফজ ফজরবা সনাগী লীক-কোন ময়াম অমা শীজিন্নগা লংতিক লংনা লাকপা অদুদা য়েংনীংদুনা য়েংলুবদগী চেকপল অসি খাবদা শোয়খিবনি। মরম অসিনা ননাই ঐখোয়বু দণ্ড পীবিগনু, ইনিংথৌগী নজাইবেম্মবু দণ্ড পীবিয়ু।" অসুম্না চেক শুবশিং অদুনা খুরুমদুনা হায়জরম্মী। মদু তাবদা নিংথৌ অদুনা মচাইবেম্মবু পাউ থাদুনা কৌরম্মী।

অদুদগী মজাইবেম্মনা মপাবুংবু খুরমন্নগা হঙ্গৎচরক্রম্মী, "পাবুং মহারাজ।, নচানা সনা শিজগে খন্না সনা শিজরুবা নৎচদে। সনা শাবনা সনা শাবিরকপদগী নচানা ফজ-ফজরবা সনাশিং অদু শিজরুবনি। মরম অদুনা সনা শাববু দণ্ড পীবিয়ু। নচা ঐবু দণ্ড পীবিগনু। নচাগী ঈরাল নত্তে পাবুং মহারাজ।"

মচাগী বা অসি তাবদা নিংথৌ অদুনা অমুক শগোল পাউ থাদুনা সনা শাববু তনকৌ হেক কৌখৎলম্মী। সনা শাবা অদুনসু করি অমুক হায়ররে হায়বদা, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ননাই সনা শাবদি সনা শাগে খন্না সনা শাজখিবা নৎচদে। সনা খোনবনা সনা খোনবিরকপদগী ননাই ঐহাক্না সনা শাজরুবনি। মরম অদুনা ননাই ঐহাকপু দণ্ড পীবিগনু। সনা খোনববু দণ্ড পীবিয়ু" হায়না হঙ্গৎচরম্মী। নিংথৌ অদুনা অমুকসু শগোল পাউ তন্থা থাদুনা সনা খোনববু

কৌখৎলম্মী।

দেশ অদুগী মরাল লৈরবা, লৈবাক প্রজাগী মাঙননবা তৌবা মীশিংবু দণ্ডি পীবগী মওংদি চূক্তা লেংলগা হাৎপা অসিনা ওইরম্মী। মরম অদুনা নিংথৌ অদুনা সনা খোনববু চূক্তা লেংলগা হাৎননবা য়েংলুবা মতমদদি সনা খোনবা নুপা অদুদি ময়াং খ্রক খ্রক কংবা ৱাচেৎতা মীহুন হুনবা মানবা, চুন্না লেপ্পদা ৱানা উরবা নুপা অমা ওইরম্মী। নিংথৌ অদুনা নুপা অদুবু চূক্তা লেংলগা হাৎপা য়াররোই হায়না খল্লম্মী। "করম তৌগনি হৌজিক্তি? নিংথৌ ঐগী ৱাশক্তি মালেম লৈদশু তাহেদে কোরৌ নোংদসু কাফদে।" অসুন্না সনা বুদ্ধি তৌদুনা ৱাংলেন ঙাইহাক খল্লগা অঙম অথৌ মনাই মশন তান্নবা য়াবা তান্নরম্মী। খন্নবা য়াবা মখৈ খন্নরবা মতুংদা অরোইবা ৱারেপ অমা তারম্মী। ৱারেপ অদুদি করিনো হায়বদা, "সনা খোনবা নুপা অসিনা ময়াঙ কংমনবনা চূক্তা লেংদুনা হাৎপা য়াদ্রবনিনা সনা খোনবা নুপা অসিগী মহুৎ ওইনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা প্রজা মীয়াম অসিগী মরক্তগী মশা য়াম্না ফবা নুপা অমা ওইনা চূক্তা লেংলগা হাৎননবা খন্নরসি।" অসুন্না অঙম অথৌ, পাত্র, মন্ত্রী প্রজা মীয়াম পুন্নমক্না অমতা ওইনা য়ানরদুনা নিংথৌ অদুনা লৈবাক অদুদা লৈরিবা প্রজা মীয়াম পুন্নমক শগোল পাউ থাদুনা কৌখৎলম্মী।

নিংথৌগী পাউ তাবদগী প্রজা পুন্নমক কোনুংদা লাক্লম্মী। লাক্লিবা প্রজা ময়াম অদুদগী খ্বায়দগী মশা মউ ফবা নুপা অমা খনবদা ঙসাইগী গুরুগী পরুৱান অদু ওইরম্মী। মরমদি মানা থবক অমতা তৌদনা ফত্ত লৌশিং তৌদুনা অহাও অহাওবতা চাদুনা লৈরম্মী। গুরুনা হায়বা ইন্দ্রবা পরুৱান অদু নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না চূক্তা লেংদুনা হাৎলম্মী। গুরুনা হায়বা ইন্দবা, থবক শুনীংদনা লেম্না অহাওবা চানীংবা মীদি মমৈথংদা অৱাবা, খুদোংথীবা তাই। ■

# ক্কাক অমসুং শেন্দ্রাং



*ক্কাক অমসুং শেন্দ্রাং অনীনা মোরোক চাবা হানবা তান্নবা*

**থায়না** মমাঙঙৈদা ক্কাক অমগা শেন্দ্রাং অমগা মতাও শান্নদুনা য়ান্না লুনা-চান্না তিন্নরম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদদি ক্কাকনা মহাক্কী মরূপ শেন্দ্রাং অদুবু চানীংবনা খ্রো-খ্রো খোৎলম্মী। ক্কাক্না শেন্দ্রাং অদুবু মরূপ ওইনা তিন্নবনিনা ফোংনা হেক চাবদি ফজমন্দ্রে খল্লদুনা লৌশিং অমা তৌরগা শেন্দ্রাং অদুবু চাথোক্লগে নীংলদুনা অসুন্না হায়রম্মী, "ইতাও ঐখোয় অনী দেশ কোয়বা চৎসি। দেশ দেশ খুদিংদা কোয়না কোয়না পাইদুনা অহাও অহাওবা চীঞ্জাক কয়া থি থিদুনা চাবুসি।" ক্কাক্কী বা অসি তাবদা শেন্দ্রাংনা, "ইতাও ফৈনে অদুদি চৎসি" হায়দুনা মখোয় অনী দেশ অমদগী দেশ অমদা অসুম অসুম পাইদুনা লাক্লম্মী। মখোয় অনীনা অসুম পাইর-পাইরদুনা লাকপদা দেশ অমগী খুঙ্গং অমগী শুমাঙ অমদা মোরোক খরাই অনীখক ফৌদুনা লৈবা থেংনরম্মী।

মদু উবদা ক্বাক্না হায়রম্মী, "ইতাও অসিদগী মোরোক খরাই অনী অসি ঐখোয় অনী লোয়না চাবা হৌনবা তাগ্নসি অদুগা মোরোক অসি হান্না চাবা লোইবা অদুনা মোরোক চাবা কোনবা অদুবু চাথোক্লসি।" ক্বাক্কী ৱাসি তাবদা শেন্দ্রাংনসু, "ইতাও চান্নসি" হায়না হায়রম্মী। ক্বাক্না শেন্দ্রাং অদুবু শোয়দনা চারগনি খন্না হৱাওরম্মী। অদুদগী মখোয় অনী ফ্রং হেক পাইদুনা মোরোক খরাই অনী অদুদা অমমম তোংদুনা মোরোকশিং অদু চারম্মী।

মোরোক অদু মখোয় অনীনা চাবদা ক্বাক হায়বা অসিনদি শেন্দ্রাংদগী মহৌশানা মখয়াৎ খরা লাওবা হেনবা কৌবনিনা মোরোকশিং অদু চখোম চখোম পঙহুক্তা হেক হুকচনখিবদা মানা মোরোক অদু শেন্দ্রাংদগী হান্না চাবা লোইরম্মী। অদুগা শেন্দ্রাং অদুদা ওনশিন্দুনা, "ইতাও ঐগীদি মোরোক চাবা লোইরে। ঐনা হান্না চাবা লোইরবনিনা হৌজিক হায়নখিবা মতুং ইন্না ইতাওবু ঐনা চাবা তারে" হায়না ক্বাক্না হায়রম্মী। ক্বাক্কী ৱাসি তাবদা লৌশিং অমা তৌহৌদ্রবদি ওসি ঐ শোয়দনা শিবা তারে খল্লদুনা, "ইতাওনা হাল্লবনিনা ঐবু চাবিয়ু, অদুবু ইতাওগী মোরোক চারব্বা নচীল অদুদি ঐবু চাদ্রিঙৈদা তুরেন্দা অমুক্তা হান্না তেংথোকপিয়ু। অদু নত্ত্রবদি নতাও ঐ য়াম্না শারনি।" শেন্দ্রাংগী ৱা অসি তাবদা ক্বাক্লা, "ইতাও তেংথোক্কে-তেংথোক্কে" হায়রদুনা মফম অদুদগী তুরেল তম্না ফ্রং হেক পাইখিরম্মী।

ক্বাক্লা লাকপা উবদা তুরেন্না হংলম্মী, "ক্বাক নঙ ঐগী ইনাকসিদা কৈদৌবা লাকইবনো?" তুরেলগী ৱা অসি তাবদা ফত্ত্রবা ক্বাক অদুনা নুংঙাইরবা সুর অমদা খুন্নক্লম্মী— "তেংনি চিন, চানি চোরাৎ।" মসিদা তুরেন্না শাওবনা মৈ হৌরদুনা "করি ক্বাক নঙনা ঐগী অশেংবা ঈশিং অসিদা নচীল হেক্তা তেংশিনবা য়াব্রা? চৎলু নঙনা নচীল তেংগে হায়রগা চফু শাফমদগী চফু অমা লৌবু। অদুগা মদুদা ঈশিং খরা শোক্লগা মদুগী মথক্তা নঙগী

মচীলদু তেংউ।"

তুরেলগী বা অসি তারবদা কাক্লা, "অদুদি ঐ চফু শাবগী মনাক্তা চৎলগা চফু লৌরুখিগে" হায়না হায়রল্লগা ফ্রং লাউনা চফু শাফম তন্না পাইখিরম্মী।

চফু শাবা নুপাদুনা কাক্লা মাগী মনাক্তা লাকপা অদুদা "কাক নঙ ঐগী নাকসিদা কৈদৌবা লাকইবনো?" চফু শাবগী বা অসি তাবদা কাক অদুনা অমুক হায়রম্মী—

*লৌনি চফু*

*শোকনি ঈশিং*

*তেংনি চীল*

*চানি চোরাৎ।*

কাকী বা অসিদা চফু শাবা অদুনা শাওরদুনা "হে কাক, করি, ঐগী চফু অসিবু নঙনা লৌনিংই হায়দুনা পংলৌদা লৌবা য়াবোই নীংব্রা? চৎলু নঙনা চফু লৌগে হায়রবদি তুরেন্দগী লৈখোম পেকলকউ, ঐ নঙগী চফু শা বিগে। অসিদগী চফুশিংসিদি নঙনা লৌবা য়াবা নত্তে" হায়না চফু শাবনা অমুক চৈরক্লবদা কাক অদুনা তুরেলগী মনাক্তা ফ্রং পাইদুনা অমুক লাক্লম্মী।

কাক অদুদা চফু লৌরুচো হায়না চৎখ্রগা করিমতা পুরক্তনা লাকপা অদু উবদা তুরেল্লা "কাক নঙ চফু লৌরুচো হায়না চৎখ্রগা পুরক্ত্রবদি কৈদৌরে?" তুরেলগী বা অসিদা কাক্লা হায়রম্মী—

পেকনি লৈতান

শানি চফু

শোকনি ঈশিং

তেংনি চীল

চানি চোরাৎ।

অসি হায়না তুরেল অদুদগী লৈখোম অদু পেক্লগা চফু শাবা নুপা অদুগী মনাক্তনা ফ্রং লাউনা পাইরদুনা চৎখিরম্মী।

কাক্লা পুরকপা লৈখোম অদুনা চফু শাবা নুপা অদুনা ফজরবা চফু অমা শাবিরম্মী অদুগা কাক অদুদা হায়রম্মী, "কাক নঙগী চফু অসি শাবা লোইরে অদুনা হৌজিক্তি নঙগী চফু অসি মৈ ইৎনবা নঙ মৈ লাইরেম্বীগী মনাক্তগী মৈ খরা লৌরুচো" হায়না চফু শাবনা অমুক হায়রক্লম্মী।

অদুদগী কাক অদুনা অমুক মৈ লাইরেম্বীগী মনাক্তা ফ্রং লাউনা পাইদুনা লাক্লম্মী। মৈ লাইরেম্বীনা কাক্লা মাগী মনাক্তা লাকপা অদুদা, "কাক নঙ ঐগী ইনাকসিদা কৈদৌবা লাকইবনো?" মৈ লাইরেম্বীগী বা অসিদা কাক্লা খোঞ্জেল বাংনা খোংলম্মী—

*লৌনি মৈ*

*ইৎকনি চফু*

*শোক্লনি ঈশিং*

*ভেংনি চীন*

*চানি চোরাৎ।*

মৈ লাইরেম্বীগী মনাক্তগী মৈহুম অমা ময়াদা চীক্লগা মশা অদুনা ফৎ ফৎ খপ্তুনা হেক পাইরকপদা মশা অদুদা মৈহুম অদুনা বায়রক্তুনা কাক অদু চাক্তুনা শীখিরম্মী।

মরূপগী মাঙননবা তৌবা কাক অদুনা শিখ্রবদা মরাল লৈত্রবা শেন্দ্রাং অদু নুংঙাইনা পাল্লম্মী। ■

# অপঙগী ৱারী

**থায়না** মমাঙঙৈদা থম্বাল কৌবী নুপী অমগী মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপা অদু য়াম্না পঙমনবদগী লম অদুদা লৈবা মীওইশিংনা মহাকপু 'অপঙ' হায়রগা খঙনরম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা থম্বালনা মচানুপা অপঙদা "ইমাগী ইবুংঙো ইমা কৈথেল কারুগে" হায়রদুনা অঙাং পীশক অদু মচানুপা অপঙদা শীন্নরন্নগা কৈথেল কাখিরম্মী।

অপঙনা অঙাং অদু নীংথি-নুংঙাইনা তৌদবদগী পঙকপ্তা কপলম্মী। অঙাং অদুনা সুম কপলকপা অদুদা অপঙনা তৌফম খঙদ্রদুনা মনাও অদুগী মকোক্তা নাল্ল-নাল্লদুনা সুম থেম্বদা অঙাংগী লৱাইগী অপেৎপা মফম অদু থেংনরম্মী। মদুদা অপঙনা মসিগী অঙাং অসিনা ঙসাইদগী পঙকপ্তা কপ্লিবা অসিদি মকোক্তা নাই ময়াম অমা লৈবা অসিননি হায়না খল্লম্মী। নাইশিংসি মেৎথোকপিগে হায়না মেথোকপদা অঙাং অদু মথৱায় থারম্মী। অদুগা অশিবা অঙাং অদুনা তুমিন্না লৈবা অদুদা অপঙনা অঙাং অদু মহাক্কা নাই মেৎথোকপিবদগী নুংঙাইনা তুম্লবনি খন্দুনা অশিবা অঙাং অদুবু মমাগী ফমুংদা হীপফন্দুনা থনল্লগা মমা লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

মমানা কৈথেন্দগী হল্লকপা মতমদা অপঙনা মথন্তা মাঙোলদা ফল্লম্বা অদু উবদা মমানা পাখৎতুনা "অপঙ ননাওদি" হায়না হংলম্মী। মদুদা অপঙনা "ইমা অঙাংদি নুংঙাইনা ফমুংদা তুমখ্রে। ইমা নহাল মখৈ ঐখোয়গী অঙাং অসিনা কপলল্লিবা অসিদি মকোক্তা নাই ময়াম অমা লৈরম্বননি। মদু ঐনা

লোয়না মেৎথোকপিরবনি" হায়না হরাওনা তন্নম্মী। মচাগী বা অদু তাবদা "করিনোনে অপঙ নঙনা হায়রিবা বা অসিবু" হায়দুনা তোম্বীনা ইমুংদা চঙদুনা কাঙখল হায়দোক্তুনা য়েংলুবদদি মচা অদু শিদুনা লৈরম্বা থেংনরে। অশিবা অঙাং অদুবু থম্বালনা কোন্দুনা কপ্পা য়াবা মখৈ কপ্লবা মতুংদা কান্নররোয় খল্লদুনা মচানুপা অপঙদা হায়রম্মী— "ইমাগী ইবুঙো অপঙ নহাক্লা ননাওগী লবাই অপেৎপা অসিবু নাইনি হায়না মেৎথোকউদুনা ননাও অসি শিরেদো। ননাও অসি শিরবনিনা হৌজিক্তি হৌনবী মতুং ইন্না নঙ তুরেন্দা খরা ফুমলুরো।" মসি হায়দুনা অশিবা অঙাং অদুবু থম্বালনা ফক্লোং অমনা কোনশিন্দুনা হাপ্লগা অপঙদা পীরম্মী।

অপঙনা ফক্লোং অদু মকোক্তা থোনগত্তুনা তুরেল তন্না লাকপদা লম্বীদা অঙাং অদু তাহৌরম্মী। অদুগা ফক্লোং অদুবুনা তোরবান্দা ফুমদুনা থনম্লগা হল্লকপদা লম্বীদা ঙসাই মানা পুরকপদা তাহৌবা অঙাং অদু অমুক থেংনরম্মী। অদুগা অঙাং অদু হেক উবদা অপঙনা ঐখোয়গী অঙাংদা নত্তে শিবা, মীগী মচাসু শি শিদুনা লম্বীদা তা তাদুনা লৈ, ইমাদা তম্নুগে হায়না লাক্লগা মমাদা থৌদোক অদু তন্নম্মী— "ইমা, ইমা, নঙ কপলনু, ঐখোয়গী অঙাংদা নত্তে শিবা, মীগী মচাসু শি শিদুনা লম্বীদা পীক থন্না তাহৌই।" অপঙগী বা অসি তাবদা থম্বালনা করিনোনে হায়রিসিবো হায়রদুনা মচানুপা অপঙবু পুরদুনা অশিবা অঙাং অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। অশিবা অঙাংদু থম্বালনা য়েংলুবা মতমদদি মীগী মচাদি ওইরমদ্রদুনা মহাক্কী মচাদুম ওইরম্লে। মদুদগীদি থম্বালনা, "ইবুঙো মসিদি মীগী অঙাং নত্তে, ঐখোয়গী অঙাংনি। তৌহৈদে ফুমজিল্লুচো" হায়না অপঙদা অমুক অশিবা অঙাং অদু পীদুনা ফুমজিনহন্নবা থারক্লম্মী। অপঙনা মনাওনিপা অদু তোরবান্দা ফুমজিল্লম্মী।

মসিদগী অমুক কমদৌবগে হায়ববু থম্বালনা শিগ্রবা মচা অদুগীদমক্তা

লাইদা ঙমজবা পোৎ-চৈ খরা কৎচগে খন্দুনা অপঙদা হাওনুপা কৈথেল কাদুনা লাইগী পোৎচৈ লৈরুচো হায়না মচানুপাবু কৈথেন্দা থারক্লম্মী।

অপঙনা কৈথেল য়ৌবদা মমানা 'হাও নুপা কৈথেল' হায়না হায়রকপা অদুবু মহাক্না 'হাও নুংপাক' হায়বগুম তারুদুনা অপঙনা কৈথেল অদুদা হাও-নুংপাক হায়বা অসিবু কদায়দনো হায়না অসুম কোয়েং কোয়েং য়েংলকপদা কৈথেলগী মচি অমদা হাও নুপা অমনা মনঙ্গন ওয়্যোকতুনা নুংপাক অমগী মথক্তা নুং শা য়াইদুনা লৈরিবা অদু হেক উরম্মী। মদুদা অপঙনা মসি ওইবা তারে 'হাও নুংপাক' হায়রক্লিবদু হায়না নুপা অদুগী মনাক তান্না পরপ পরপ চঙশিল্লগা মনঙ্গন মথক্তা হেক কাখৎলম্মী। তো অদুদা হাও



*অপঙনা নুংশো য়াইরিবা হাউ নুপা অমদা নুং ওইরবোই নীংদুনা কাখৎকে তৌবা*

নুপা অদুনা ঙক্লদুনা হায়রক্লম্মী, "করিনো? তম্বা নঙনা ঐগী ইনঙ্গন্দা কাখৎলকইবদি?" অপঙনা, "ইমানা হাও নুংপাক কাদুনা লাইদা কৎননবা পোৎ-চৈ লৈরুচো হায়দুনা নঙগী ননগন্দা কারিবনি" হায়না অপঙনা ইপঙ

পঙনা খুমলকখি। অদুদা হাও নুপা অদুনা মসিদি মৈতে অপঙ হায়বা অঙাং অদু ওইরম্বা তারে খন্দুনা অপঙনা লৈগদবা পোৎ চৈশিং অদু লোইনা মশীং শুনা লৈবিদুনা ময়ুমদা থারক্লম্মী।

কৈথেন্দগী হল্লক্লবদা মচানা লৈরক্লিবা পোৎ-চৈশিং অদু শুরব্রা হায়না মমানা য়েংলগা পোৎ চৈশিংদু লাইদা কৎনবনিনা খোঙনা খুৎনা শোকওইদবা মফমদা থম্মুচো হায়না অমুক পীরম্মী। মদুদগীদি অমুক অপঙনা থুম অদুবু খোঙনা খুৎনা শোকওইদবা মফম্নি হায়দুনা থোঙ্গ্রা মখাদা চফূ অমদা হাপ্লগা থম্লম্মী।

নোংঙাল্লগা থম্বালনা মচানুপাদা হংলম্মী, "ইমাগী ইবুংঙো অপঙ, ঙরাংগী থুম অদু পুরকও।" মমাগী বা অসি তাবদা অপঙনা থোঙ্গ্রা মখাদা মানা ঙরাং থনম্বা থুম চফূ অদু পরপ পরপ হেক চত্তুনা লৌখৎতুনা য়েংলুবা মতমদদি থুমদু অমত্তা য়াওরমদ্রে। থুমদুগী মহুত্তা চাউরবা ঙাক্রা অমা ওইনা য়াওরম্মী। ঙাক্রা অদু হেক উবদা অপঙনা মসিগী ঙাক্রা অসিদি ওম্বোক্লা মথিবোং লাওখ্রেদা অদুক য়াম্বা থুম ময়ামদু লোয়না চাথোকপা ঙমই। মসিদি চাওরেদা ফজরেদা। মসি থাক্লবদি লোয়না হেক নম্মনি হায়দুনা ঙাক্রা অদু থুমগী মহুৎ ওইনা লাইদা কৎলো হায়না মমাদা পীরম্মী। মচাগী মতৌ অদু উবদা থম্বালনা নুংঙাইত্রদুনা, "ইমাগী ইবুঙো অপঙ, নঙবু পঙমনসু পঙঙিদকো। ইমাবু করম তৌশিগে?" হায়দুনা নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা পোৎ খুদিংমক্কী মশক মমিং অফ ফত্তা নোংমা নোংমগী খরা-খরা তম্বীদুনা মমৈথংদা অপঙ অদু লৌশিং জ্ঞান তারক্কুনা অফবা মী অমা ওইদুনা মমা মচা কুইনা নুংঙাইনা পানখিরম্মী। ■

# মন্ত্রী মচানা সনাগী শজি ওনখিবা



*সনাগী তেনবা ওল্লবা রাজকুমারবু নিংথৌমচানুপীনা লুনা শেম্জবা*

**থায়না** মমাঙনৈদা নিংথৌগী মচা অমগা মন্ত্রীগী মচা অমগী দেশ কোয়বা চৎলম্মী। মখোয়না অশুম লাকপদা মন্ত্রী মচা অদুনা নিংথৌ মচা অদুদা

হায়রক্রম্মী, "ইতাও, ঐখোয় অনী মহৈ হৈবা তান্নসি।" বা অসি হেক তাবদা নিংথৌ মচা অদুনা অমুক হায়রম্মী, "ইতাও, ঐদি সনাগী শজি ওনবা ঙম্মী।" মন্ত্রী মচানা, "ইতাও,অদুদি ওল্লুনে।" নিংথৌ মচানা "ইতাও ওনগে ওনগে" হায়দুনা নিংথৌ মচা অদু খুদক অদুদা মহাক্কী হকচাং পোলাং অদু থনল্লগা মথবায় অদুনা ফজরবা সনাগী শজি অমা ওল্লগা মন্ত্রী মচা অদুগী মমাঙদা জগোয় শারম্মী। নিংথৌগী মচা অদুনা সনাগী শজি ওন্দুনা লৈরিঙে অদুদা মন্ত্রীমচা অদুনা মাগী থবায় অদুনা নিংথৌ মচা অদুগী হকচাং পোলাং অদুদা চঙলম্মী। মহাক্না নিংথৌগী মচা ওইনা সনা কোনুংদা নুংঙাইনা লৈরুরগে খল্লদুনা হকচাং পোলাং অদুবু মৈ থাদোক্রম্মী। অদুগা নিংথৌ মচা শারদুনা সনা কোনুংদা হল্লক্নুনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। অশেংবা নিংথৌ মচা অদুনা জঙ্গল অদুদা সনাগী শজি ওন্দুনা অদুম্মক লৈহৌরম্মী।

অসুন্না মতম খরা হৌথ্রবা মতুংদা নোংমা নিংথৌ মচা শাদুনা লৈরিবা মন্ত্রী মচা অদুনা মীৎত্রং তৌরগা মহাক্কী মরূপ নিংথৌ মচা অদুনা করি তৌরিবগে হায়না য়েংবদা নিংথৌগী মচানা ওনবা সনাগী শজি অদুদা মহাক্কী মরূপ মন্ত্রী মচা অদুবু মতৌ করম তৌরগা হাৎসিগে হায়না খল্লিবা অদু উরম্মী। অদুদগী নিংথৌগী মচা শানা লৈরিবা মন্ত্রী মচা অদুনা মনাইশিংদা সনা য়াথং তৌরম্মী— "হয়েংগী নুমিত্তা লৈবাক অসিগী জঙ্গলদা লৈরিবা সনাগী শজি হায়বা জাৎ মখৈ ফারগা সনা কোনুংদা পুরক্কদবনি।" অসুন্না নিংথৌ মচা শাদুনা লৈরিবা মন্ত্রী মচা অদুনা লৈবাক শীনবা থুংনা শগোল পাউ থাদুনা লৈবাক অদুদা লৈরিবা প্রজা মীয়াম অদুনা হয়েংগী নুমিত্তা লৈবাক অদুগী জঙ্গল অদুদা লৈরিবা সনাগী শজি পূম্নমক ফারক্নবা হায়খি।

অসোমদা অমুক নিংথৌগী মচানা ওনবা সনাগী শজি অদুনা মীৎত্রং তৌরগা য়েংবা মতমদা মাগী মরূপ মন্ত্রী মচানা মাবু হাৎনবা শীল্লিবা থৌরম

পূম্নমক অদু লোইনা উরম্মী। অদুনা নিংথৌগী মচানা ওনবা সনাগী শজি অদুনা সুম সনাগী শজি ওন্দুনা লৈবা তারবদি মতাউ মীফম্ভা মন্ত্রী মচা অসিনা মাবু শোয়দনা ফাখিবা তারে, অদুনা মাগী থবায় অসি ঙসি জঙ্গল অসিদগী তেনবা ওন্দুনা পাইথোকহৌরগে হায়না খল্লম্মী। অদুদগী সনাগী শজি ওল্লবা নিংথৌ মচাগী মথবায় অদুনা অমুক সনাগী তেনবা অমা ওল্লদুনা দেশ অদু লান্দুনা পাইখিরম্মী।

অদুগা তেনবা অদুনা অমুক দেশ অমগী রাজকন্যা অমগী মনাক্তা তোংউদুনা রাজকন্যা অদুনা তেনবা অদুবু ফাদুনা পোন্দা য়োক্তুনা নুংতিগী মচিঞ্জাক হন্নবিদুনা নুংঙাইনা থমখিরম্মী।

অসোমদনা ঙসাইগী নিংথৌ মচা শাদুনা সনা কোনুংদা লৈরিবা মন্ত্রী মচা অদুনা অমুক মাগী মনাই ময়াম্না লৈবাক অদুগী জঙ্গল অদুদগী ফারকপা সনাগী শজিশিং অদুবু মহাক্না মন্ত্র শোন্দুনা মীৎত্রং তৌদুনা য়েংবা মতমদদি মহাক্কী মরূপ নিংথৌ মচা অদুনা ওনখিবা সনাগী শজি অদুদি য়াওরমদ্রে। অদুদগী নিংথৌগী মচা শারিবা মন্ত্রী মচা অদুনা মনাইশিংনা ফারকপা সনাগী শজিশিং অদুবু জঙ্গলদা পুদুনা অমুক থাদোকহনখিরম্মী। অদুদগী অমুক মীৎত্রং তৌদুনা য়েংলকপা মতমদা নিংথৌগী মচা অদুনা সনাগী শজি ওল্লম্বদগী সনাগী তেনবা ওল্লদুনা দেশ অমগী রাজকন্যা অমগী মনাক্তা নুংঙাইনা লৈরিবা অদু উরম্মী। মদুদগী নিংথৌগী মচা শারিবা মন্ত্রীমচা অদুনা মনাই মশেল ময়াম অমা দেশ অদুদা থাদুনা রাজকুমারী অদুবু মাগীদমক হায়নহল্লম্মী। হয়েংগী নুমিত্তা রাজকুমারীগী মনাক্তা লৈরিবা সনাগী তেনবা অদু নিংথৌ মশামক লেঙলক্তুনা লৌশিনরগনি হায়নসু খঙহল্লম্মী। নিংথৌ মনাই ময়ামগী বা অদু তাবদা রাজকন্যা অদুনা সনাগী তেনবা অদুগী মনাক্তা চঙলক্লগা কপ্পম্মী।

রাজকন্যা অদুগী মতৌ অদু উবদা সনাগী তেনবা অদুনা হায়রক্লম্মী, “করিগী কপ্পি রাজকন্যা? মাগুম্বা নিংথৌ মচা অমনা ঐবু তরায় তরায়না হেক ফাবা মতীক নত্তে। অদুনা হয়েং নিংথৌগী মচা অদুনা তেনবা ঐবু লৌবা লাকপা মতমদা নঙনা হায়য়ু, “ইনিংথৌনা করিগুম্বা অশেংবা নিংথৌ ওইরবদি সনাগী শজি ওনবা ঙমফম থোকই। মরম অদুনা রাজকুমারী ঐগী ইমাঙদা সনাগী শজি ওনবীয়ু। করিগুম্বা ইনিংথৌনা সনাগী শজি ওনবা ঙমদ্রবদি ঐগী তেনবা অসি পীবা ঙমলোই হায়না পীরুগনু।” সনাগী তেনবা অদুনা অসুম্না হায়রবদা রাজকুমারী অদুনা নেংঙাল্লগা নিংথৌগী মচা শারিবা মন্ত্রী মচা অদুনা মনাই মশেল ময়াম অমা পুরদুনা সনাগী তেনবা অদুবু পীয়ু হায়না হায়রবদা রাজকুমারী অদুনা হায়রক্লম্মী, “ইনিংথৌ ইবুংঙোনা করিগুম্বা অশেংবা লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইরবদি সনাগী শজি ওনবা ঙমফম থোকই। মরম অদুনা রাজকুমারী ঐগী ইমাঙদা ইনিংথৌনা সনাগী শজি অমুক্তা ওনবিয়ু। ইনিংথৌনা করিগুম্বা সনাগী শজি ওন্দুনা রাজকুমারী ঐবু য়েংহনবিদ্রবদি ঐগী তেনবা অসি ইনিংথৌগী মফমদা পীবা ঙমজরোই।” অসুম্না হায়না হায়রবদা নিংথৌগী মচা শারিবা মন্ত্রী মচা অদুনা, “রাজকুমারী, ঐনা করিগুম্বা সনাগী শজি ওল্লবদি নঙগী তেনবা অসি ঐঙোন্দা শোয়দনা পীগদ্রা?” নিংথৌ শারিবা মন্ত্রী মচা অদুগী বা অদুদা রাজকুমারী অদুনা, “ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই রাজকুমারীনা ইনিংথৌদা ঐগী সনাগী তেনবা অসি শোয়দনা পীজগনি” হায়রে। নিংথৌ শারিবা মন্ত্রী মচানা “অদুদি রাজকুমারী, নিংথৌ ঐ সনাগী শজি ওল্লগে” হায়না নিংথৌ অদুনা রাজকুমারী অদুগী মমাঙমক্তদা মহাক্কী হকচাং পোলাং অদু থনল্লদুনা ফজরবা সনাগী শজি অমা ওন্দুনা রাজকুমারী অদুগী মমাঙদা চোংলদুনা জগোই শারম্মী।

অসুম্না নিংথৌ মচা শারিবা মন্ত্রী মচা অদুনা সনাগী শজি ওন্দুনা লৈরিঙে

তঞ্জা অসিদা অমুক নিংথৌগী মচানা ওনবা সনাগী তেনবা অদুগী মথৱায় অদুনা মহাক্কী অহাংবা হকচাং পোলাং অদুদা অমুক চঙদুনা অশেংবা নিংথৌ মচা ওইনা থোরক্লম্মী। মহাক্কা রাজকুমারী অদুবু পুদুনা মরৈবাক্তা হল্লক্তুনা নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাইনা পানখি। অদুগা মন্ত্রী মচা অদুদি মহাক্কী হকচাং পোলাং অদু মানা ঙসাই মৈ থাদোকচখিবদুনা মরম ওইরদুনা হনজিল্লকফম লৈত্রদুনা সনাগী শজি ওন্দুনা জঙ্গলদা অদুমক লৈখি। ■

# শামু অঙৌবগী মচানুপী

**থায়না** মমাঙঙৈদা লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী য়ুমগী অৱাংদা শামু শঙ অমা লৈরম্মী। শামু শঙ অদুদগী শামু অঙৌবা অমনা লুখ্রাবী অদুগী শুমাঙদা নুংতিগী মথি হেক হেক ফায়রম্মী। লুখ্রাবী অদুনা শামু অঙৌবগী মথি অদু নুংতিগী শেংজবদুদা লাইগী নোংদম অমদগী লুখ্রাবী অদু মীরোল্লম্মী অমদি ফজরবী মচানুপী অমা পোক্লম্মী।

নোংমদি মচানুপী অদুনা চাউরক্লবা মতমদা মমাদা হংলম্মী, "ইমা ঐগী ইপা কনানো?" লুখ্রাবীদুনা, "ইবেম্মা নঙবু পোকপা নপাদি শামু অঙৌবনি। তু আদা শামুশঙ অমা লৈরিবা অসিদা লৈবনি।" মমাগী ৱা অদু তাবদা মচানুপী অদুনা শামু শঙ অদুদা মপা শামু অঙৌববু য়েংবা লাক্লম্মী।

শামু অঙৌবনা মচানুপী অদুবু উবদা শামু শঙদগী থোক্লক্তুনা মচানুপী অদুবু মনাতোন্না কোৎলগা খোংনাং পাম্বী অমগী মথক্তা থাঙ্গৎতুনা থল্লম্মী। অদুগা মচানুপী অদুনা খোংনাং মথক্তা লৈরিঙৈ মতম অদুদা নিংথৌগী মচানুপা রাজকুমার অমা লম্বীদুদা লাক্লম্মী। মশক ফজরবী নুপী অদুবু উবদা নুংশিরম্মী। রাজকুমারনা মাবু লুহোংলসি হায়রম্মী। রাজকুমারনা হায়বা অদুদা নুপীদুশু য়ারম্মী। অদুবু লুহোংবা তারবদি মাদি নিংথৌগী মচা রাজকুমারনিনা বাজায় বেঙ্গুল য়াওদবা য়ারোই, বাজায় বেঙ্গুল লৌরুখিগে হায়না রাজকুমার অদুনা কোনুং তন্না চৎখিরম্মী।

রাজকুমার অদুনা বাজায় বেঙ্গুল লৌবা চৎখ্রিঙৈ মতম অদুদা খুঙ্গংদুদা

তাবা পাঙল নুপী অমনা মোরোক ঈশিং চাইনবা শঙনগী পুন পুদুনা তুরেন্দা ঈশিং শোকপা লাক্লম্মী। মহাক্না ঈশিং শোকদবা মফম অদুদা ঙসাইগী খোংনাং মখাদা লৈরিবী নুপীমচা অদুগী ফজরবী মমি অদু তুরেলগী ঈশিংদুদা তাবা উরম্মী। নুপীমচা অদুগী ফজরবী মমিদু পাঙল নুপী অদুনা ঈশিং শোক্কে নোঙবদা মহাক্কী মমি ওইরবোই নীংদুনা "ঐগী ঈশক অসি ওয়োক্না ফজগ্রেদা" খল্লদুনা হরাও হরাও ময়ুম তানা লাক্লম্মী।



*শামু অঙৌবগী মচানুপীগী মমি তুরেন্দা তাবা*

ময়ুম য়ৌরগা মিংশেল পুথোক্লুনা মাগী মশক অদু অমুক য়েংলম্মী। মিংশেল অদুদা তারিবা মহাক্কী অথীবা মশক অদু উবদা পাঙল নুপী অদুনা মিংশেল অদু বাগ লাউনা থুগায়রম্লগা তুরেল তম্না লাক্লগা ঈশিং অদুদা মাগী মশক অদু অমুক য়েংলম্মী। থৌদৌ অদু উবদা খোংনাং মথক্তা লৈরিবী নুপীমচা অদুনা নোক্লীংলদুনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা নোকথোক্লম্মী। অদুদগীদি পাঙল নুপী অদুনা নুপীমচা অদু উরদুনা, "হি! নঙ লৈবোইরে" হায়দুনা "ইতা,

ঐখোয় অনী ঙসিদগী ইতা শান্নরশি, খোংনাং মথক্তগী কৃমথরকউ" হায়না হায়রবদা নুপীমচা অদুনা, "ইতা ঐদি খোংনাং মথক অসিদগী কৃমথরক্তুনা ইতাগা ইতা শান্নবা য়াররোই। নিংথৌগী মচা রাজকুমার অমগা নতা ঐদি শুভ-বিবাহ তৌশি হায়নদুনা বাজায় বেঙ্গুল লৌবা সনা কোনুংদা চংখি।" নুপীমচা অসিগী ৱাহে অসি তাবদা পাঙল নুপী অদুনা লৌশিং অমা তৌরগা নুপীমচা অসি হাতোক্লগা ঐদুম রাজকুমার অদুগা শুভ-বিবাহ তৌরগে খন্দুনা "ফরে ফরে ইতা কৃমথরকপা য়াদ্রবদি কৃমথবীরক্লগনু। অদুবু ক্বা মতপ অমমমতদি য়েন্নদুনা ঐখোয় অনী চামিন্নসি" হায়দুনা ক্বা মতপ অমা ফিজিদগী লৌথোক্লগা "ইতা, সে— অমুক্তা লৌবীয়ু" হায়না লানবদা নুপীমচা অদুনা ক্বা মতপ অদুবু খোংনাং মথক্তগী মখুৎনা লাম্লগা লৌগে তৌবদা পাঙল নুপী অদুনা নুপীমচা অদুগী মখুৎ অদু পায়রগা শ্রো শ্রো লাক্তুনা চীংথদুনা নুপীমচা অদুবু তুরেন্দা ইন্থদুনা হাৎতোক্লম্মী অদুগা নুপীমচা অদুগী মথৱায় অদুনা তুরেল অদুদা থম্বাল ওইনা হৌদুনা শাৎখিরম্মী। অদুদগী পাঙল নুপী অদুনা নুপীমচা অদু শারদুনা খোংনাং মথক অদুদা কাদুনা লৈখিরম্মী।

অদুদগী অমুক ঙসাইগী রাজকুমার অদুনা বাজায় বেঙ্গুল পুরদুনা মনাই মশল ময়ামগা লোয়ননা মফম অদুদা লাক্লম্মী। মফমদু য়ৌরগা পাঙল নুপী অদু উবদা রাজকুমার অদুনা ঙক্লদুনা হংলম্মী, "ইবেম্মা, নঙবু ঙশাইদি নশম ননাকা য়াম্না শাংনা নশক নতৌ য়াম্না ফজহৌবদায়নে।" পাঙল নুপীনা, "নিংথৌগী মচা ইবুংঙো নঙবু ঙাইজবদা ননাই নুপীগী শক অসি নুংশাগী মৈশানা য়েশিন্দুনা থিজিনখ্রিবনি।" পাঙল নুপী অসিগী হৈশিংবা শেমজিন শাজিনবা ৱা অসিবু নিংথৌ মচা অদুনা চুম্লবোই নীংদুনা "ফরে ফরে অদু ওইরবদি" হায়দুনা শুভ-বিবাহ তৌদুনা পাঙল নুপী অদুবু সনা কোনুংদা পুখি।

অহিংদা রাজকুমার অদুগী মমঙদা ঙসাইগী নুপীমচা অদু লাক্তুনা অসুন্না

অমুক হায়রম্মী, "নিংথৌগী মচা ইবুংঙো রাজকুমার নওদি পাঙল নুপী অমবু নুপীমচা কন্যা ঐনি খন্দুনা শুভ-বিবাহ তৌরবোইরে। ঐদি ঙসাই ইবুংঙোনা বাজায় বেঙ্গুল লৌবা চৎথিঙ্গিঙে মতম অদুদা ননাক্তা ঐ শানা লৈরিবা পাঙল নুপী অদুনা কা মতপ অমমম লান্নশি হায়না লান্নবদা ইখুৎ লাক্লা শ্রো শ্রো চীংথদুনা তুরেন্দা ইছদুনা হাৎলমদুনা ঐগী থবায়না থম্বাল ওইনা শাৎলে। হয়েংগী নুমিত্তা ঐবু হেক্লগা নুমিৎ তরেৎনি কনা খঙহন্দনা কা অমদা থোঙ লোনশিন্দুনা থম্বীয়ু। নুমিৎ তরেৎনি শূরবা মতমদা ঐ অমুক মী ওল্লকে" হায়রল্লগা নুপীমচা অদু শ্বাই মাঙখিবোইরে। মসিদগী রাজকুমার অদুসু মীৎকপ খঙথোক থোক্লুনা, " করিনো? ঙসিগী মঙ অসিদি" হায়দুনা মনাই শজিকলোই অমগা তুরেল তন্না লাক্লম্মী। তুরেল য়ৌরগা নিংথৌ মচা রাজকুমার অদুনা মনাই শজিকলোই অদুদা থম্বাল অদুবু হেকলকউ হায়না হায়রম্মী। মনাই শজিকলোই অদুনা থম্বাল অদুবু হেক্কে তৌবদা থম্বাল অদু কোয়চেন কোয়চেন চেল্লম্মী। থৌদৌ অদু উবদা নিংথৌগী মচা রাজকুমার অদুনা ঐ হেকতা হেক্লগে হায়দুনা তুরেন্দা কূমথরকপা মতমদা থম্বাল অদু ইরেন তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্লুনা রাজকুমার অদুনা থম্বাল অদু হেক্লগা কনা খঙহন্দনা কা অমদা থোঙ লোনশিন্দুনা নুমিৎ তরেৎনি থল্লম্মী। নুমিৎ তরেৎনি শুবগী অয়ুক অদুদা রাজকুমার অদুনা কা অদু থোঙ হাংদোকউবা মতমদা থম্বাল অদুগী মহুত্তা ফজরবী নুপীমচা অদু ওইনা লৈরম্মী। নুপীমচা অদুনা নিংথৌগী মচা অদুদা খুরুমজদুনা পাঙল নুপী অদুনা মহাকপু হাৎখিবগী বারী পূন্নমক তম্লম্মী। বারী অদু তাবদগী পাঙল নুপী অদুবু রাজকুমার অদুনা তাষোকখিরম্মী।

মতৌ অশুন্না রাজকুমার অদুগা শামু অঙৌবগী মচানুপী অদুগা মতম কুইনা নুংঙাইনা পানখিরম্মী। ■

# ৱারী লোইহৌদবগী ৱারী

**থায়না** মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। নোংমা নুমিৎ অমদা নিংথৌ অদুনা মনাই মশল ময়াম অমা পুদুনা দেশ কোয়বা চৎলম্মী। নিংথৌ মনাই লায়রবা অমদি মহাক্না দেশ কোয়বা চৎপদা হোরেন মানা তূমনীংলবা কান্দা চারুনবা হায়দুনা মাগী নুপীনা হৈতুপ খরা হাপ্লরুম্মী।

নিংথৌদুনা মনাই মশল ময়াম অদুগা লোয়নননা দেশ অমগী জঙ্গল অমদা থুংলম্মী। জঙ্গল অদুদা অহিং অদুমদি পল্লসি হায়দুনা মখোয় লোয়নমক জঙ্গল অদুদা পল্লম্মী। অদুগা নিংথৌ অদুনা মনাইশিং অদুদা হায়রক্লম্মী, "ইনাইশা ঙসিদি ঐ নখোয়দা ফুঙ্গা ৱারী অমা লীবীগে" হায়দুনা ৱারী অমা লীবা হৌরক্লম্মী।

"থায়না থায়না মমাঙঙৈদা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অদুগী মমিংদি..." অসি হায়রগা "ইনাইশা মখাদি কোন্না লীরগে ঐ য়াম্না তূমনীংলে" হায়দুনা নিংথৌ অদু ইশি শিনা নাখোক্লুনা তূমথোকখিরম্মী। অদুদগী মনাই ময়াম অদুসু নিংথৌদুনা তূমখ্রবদা মখোয়সু লমশাং লাকপগী ৱারদুনা মথং মথং তূমথনখিরম্মী। অদুগা ঙসাইগী হৈতুপ পুরকপা মনাই অদুদি মাগী নুপীনা হাপ্লকপা হৈতুপ অদু চারদুনা অসুম তূমদনা লৈরম্মী।

অদুগা নাকল অমদনা অমুক লমদুদা লৈরিবা লাই ময়ামদুনা নিংথৌ অদুনা মনাই-মশল ময়াম অদুদা ফুঙ্গা ৱারী অমা লীবীগে হায়বা অদুদা মখোয়সু ৱারী তাশি হায়না হায়নদুনা উনা অমগা লাই অমগা উশা অমগা লাই অমগা

পা পাদুনা বারী তাগদৌরিবনি হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। অসুম অসুম ঙাইবদা নিংথৌ অদুনা বারী অদু লীবা কৌবা লৈরক্রবদা লাই খরনা হায়রকই "চৎলসি বারী লীদ্রে। মখোয় লোইনা তুমখ্রে।"

বা অসি তাবদা চক্রি ফত্তবা লাই অমনা, "ঐ ফুঙ্গা বারী তানি হায়না লাক্লগা তাদনা হল্লগদ্রা? ঐদি বারী তাহৌখিনি হনখিরোই।"

লাই খরনা অমুক, "হোরেন ঙাইখে ঙাইরগা লীরক্তবদি।"

লাই অমনা, "লীদ লীদসনু ঐ তৌগে।"

লাই খরনা, "ইস নঙনা করি তৌবা ঙমগদৌরিবা?"

লাই অমনা, "হেরো ঐনা ঙম্বা শক্তি লৈদা, তৌগে মানা বারী লীবা মপূং ফাদনা তুমনিংঙি হায়দুনা হেক্তা তুমথোকখিবা য়াব্রা? হয়েং ইনুং তৈনা ঙাল্লগা মানা খোঙশাল্লকপা মতমদা মানা তোংইবা শগোল মথক অদুদা ঐনা তোংইবা উ অসিনা তুহল্লগা মহাকপু হেক হাৎলগা লোইরেদনা।"

লাই খরনা অমুক, "মদুদা করিগুম্বা শিহৌদবা থোক্লবদি কমদৌবা ?"

লাই অমনা, "তুরেল মথক্তা শারিবা থোং লানবা হেক লোয়দ্রিঙৈদা থোং অদু থুদেক্লগা মখোয় পূল্লপ পুন্না লোয়নমক অমুক্তদা হাৎকনি।"

লাই খরনা, "মদুদসু অমুক শিহৌদবা তারবদি?"

লাই অমনা, "মদুদসু শিহৌদবা তারবদি মাগী সনথোং য়ৌবদা সনথোংদু নীংখায়হল্লগা হাৎকনি।"

লাই খরনা, "মদুদসু শিহৌদ্রবদি?"

লাই অমনা, "মদুদসু শিহৌদ্রবদি মাগী চাক্তুদা হু হাপ্লগা হাৎকনি।"

লাই খরনা, "চাক্তু মানা চাদ্রবদি?"

লাই অমনা "অদুদি মা হিংগনি, অদুগা করিগুম্বা ঐনা নখোয়দা হায়রিবা বাশিং অসি কনাগুম্বা তাহৌবা য়াওদুনা বারী অসি হেক মী অমদা লীরবদি

ৱারী লীরিবা মী অদু ৱারী লীবা হেক লোইবদা মহাক নুং ওনগনি।"

লাই খরনা, "নুং ওল্লবা মী অদু তাইবং মী ওনবা য়াররোইদ্রা ?"

লাই অমনা, "য়াগনি।"

লাই খরনা, "অদুদি করম তৌরগা ওনগনি ?"

লাই অমনা, "নুং অদুগী মথক্তা ৱারী তাখিবা মী অদুনা মাগী খুদোম্বীদগী ঈ খরা লৌরগা নমগনি। অদুগা নুং অদু মী ওল্লকনি।"

অসুম্না লাইয়াম্না শান্নরিবা ৱারীশিং অসি নিংথৌ মনাই হৈতুপ পুরকপা অদুনা হৈতুপ চানা চানা লোইনা তাহৌরম্মী।

নোংঙাল্লগা নিংথৌ অদুনা মখোয় অমুক খোঙশান্নবা যাত্রা তৌরসি হায়না হায়রকপা মতমদা নিংথৌ মনাই হৈতুপ চাবনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ঙসিদগী চৎকদৌরিবা খোঙচৎ খুদিংমক্তা ইনিংথৌনা ননাই ঐখোয় খ্বায়গী মাঙ থানা চৎপিয়ু। অদুগা ননাই ঐহাক্না ইনিংথৌ 'শ্বা' হায়না লাউজরকপা মফম খুদিংমক্তা ইনিংথৌনা ইনিংথৌগী শগোলদু খুরূপ থাদুনা ঙমজবিদা য়াঙনা থৌবিয়ু। মদুনা ঐখোয়গী খোঙচৎসিগী মঙ্গল ওইগনি।" নিংথৌ অদুনা ঐখোয়গী খোঙচৎসিগী অফবা মঙ্গল ওইগদবা ওইরবদি ফরে ফরে ঐ পুন্নমক্কী মাঙ থারগে হায়না নিংথৌ অদুনা মনাই মশল ময়াম অদুগী মমাঙ থানা লেপ্লম্মী। অদুগা মনাই হৈতুপ চাবনা "ইনিংথৌ শ্বা" হায়দুনা লাউরকপা মতমদা শগোলদু ঙমজবী থাদুনা থৌরম্মী। নিংথৌনা শগোল হেক থৌবা হৌবদা পামেল উজাউ অমা শগোল মমৈদা খেত্তে হায়বদা থোক্লা বোব লাউনা তুথরক্লম্মী। নিংথৌদু শিনিংচিৎতা মনাই মশল ময়াম অদুগা মফম অদুদগী নাম্থোক্লুনা অতোপ্পা দেশ অমা য়ৌনবা লাক্লম্মী।

দেশ অদুদা মতম খরা লৈরবা মতুংদা নিংথৌ অদুনা সনা কোনুংদা হল্লসি হায়দুনা মনাই মশল ময়াম অদুগা দেশ অদুদগী হল্লকপদা তুরেল অমগী

থোংজাউ অমগী মনাক য়ৌরক্লম্মী। থোংজাউ অদু লাল্লমদাই মতমদা নিংথৌ মনাই হৈতূপ চাবনা "ইনিংথৌ শ্বা" হায়না কল্লা লাউরক্লম্মী। মদুদা নিংথৌ অদুনা মনাই মশলশিংদুগা লোয়ননা শগোল খুরূপ থাদুনা ঙমজবিদা য়াঙনা থৌখিরম্মী। মখোয়না থোংদু লানবা হেক লোইবদা থোংদু নীংখায়দুনা তেক্লম্মী। অসুম্না নিংথৌদুনা দেশ কোয়বা লোইরদুনা মনাই মশল ময়ামদুগা লোয়ননা সনা শঙ্গাই তম্না লাকপনা সনথোঙ মনাক য়ৌরক্লম্মী। সনথোঙদু হেক য়ৌরকপগা নিংথৌগী মনাই হৈতূপ চাবনা "ইনিংথৌ শ্বা" হায়না ঙমজবী থাদুনা কল্লা লাউরক্লম্মী। মদুদা নিংথৌ অদুনা শগোল অদু খুরূপ থাদুনা থৌরম্মী অমসুং নিংথৌ অদুনা সনথোঙদু হেক লাম্বোকপগা সনথোঙদু গ্রোঙ লাউনা নীংখায়রক্লম্মী।

নিংথৌনা সনা শঙ্গাই হেক য়ৌরকপদা মহারণীশিংনা তরা লুকলেন লাওদুনা তরা লুক পুথোক্লকপদা— নিংথৌনা তরা লুকলেন অদু হেক চাগে তৌরকপ মতমদা মনাই হৈতূপ চাবনা নিংথৌগী লুকলেন অদু শৎ হেক চিংথোক্লুনা চারম্মী। মদুদা নিংথৌনা শাউবনা মৈ হৌরদুনা মনাই হৈতূপ চাববু খুদক অদুদা অঙাং ওনহল্লগনি হায়না হায়রক্লম্মী। মনিংথৌগী ৱা অসি তাবদা নিংথৌ মনাই হৈতূপ চাবনা, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা অঙাং ওনদ্রিঙৈগী মমাঙশিদা ইনিংথৌদা ৱারী অমত্তংদি লীজরমগে।" নিংথৌনা লীয়ু করি ৱারীনো হায়রম্মী। মনাই হৈতূপ চাবনা, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা ৱারী লীবা হৌদ্রিঙৈদা ইনিংথৌনা ৱাশক অমত্তংদি শকপীয়ু" হায়না খুরুমজরম্মী। হৈতূপ চাবগী ৱাসি তাবদা নিংথৌনা, "করিগীদমক্তা ৱাশকদৌরিবনো" হায়না হংলম্মী। হৈতূপ চাবনা, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা ঙসি লীজগদৌরিবা ৱারী অসি অচম্বা ৱারী নত্তে। ৱারী অসি হেক লীবা লোইবদা ননাইদি নুং ওনখ্রগদবনি।" নিংথৌনা, "আঃ করম্না

ওনগদৌরিবানো ?” হৈতূপ চাবা মনাইনা, “ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা লাইগী খুদম অমা ফংজবনা ইনিংথৌদা হায়জবনি” হায়না হায়জরবদা নিংথৌদুনা, “ফরে-ফরে অদু ওইরবদি শক্লগে নঙগী বাশক্— “সৈত্য, সৈত্যনা সাক্ষি ওইরসনু নঙনা হায়রিমখৈ নিংথৌ ঐনা য়ারগে, লীরো লীরো নঙগী বারীদু।” অসুম হায়না হায়বিরবদা নিংথৌ মনাই হৈতূপ চাবনা, “ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা লীগদৌরিবা বারী অসি লোয়বদা, ননাইনা নুং ওনথ্রবদা ইনিংথৌগী খুদোম্বীদগী ঈ খরা লৌরগা নুং ওনথ্রবা ননাই ঐঙোন্দা খরা নম্বীরকউ।”



*নুং ওনথ্রবা মনাইদা নিংথৌনা খুদোম্বী কক্লনা ঈ অদুনা নুংদুদা তেকিনবা তৌবা*

নিংথৌনা, “হোয়-হোয় নম্বীরক্লগে” হায়না নিংথৌনা হায়বিরক্লবদা মনাই হৈতূপ চাবনা, “অদু ওইরবদি ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই বারী লীবা হৌরগে” হায়না বারী লীবা হৌরক্লম্মী।” মনাই হৈতূপ চাবনা নহাল থোকখিবা থৌদোক ময়াম অদু নিংথৌগি মফমদা শুগায়না লীরম্মী। বারী লীবা লোইরবা মতমদা মনাই হৈতূপ চাবদো খূদক অদুদা নুং ওনখিরম্মী।

থৌদোক অসি উবদা নিংথৌ অদু পেন্দবা অমদি নুংঙাইতবনা খম থেংলদুনা খুদক্তা ইমুংদগী থাঙশাং অমা লৌরুরগা মাগী খুদোম্বী অদু ককথৎতুনা মদুদগী তারকপা ঈ অদুনা নুং অদুগী মথক্তা নম্বীরম্মী। অদুদগী নুং অদু খুদক অদুমক্তদা মী ওল্লক্রম্মী।

মতৌ অসুন্না নিংথৌ মনাই হৈতুপ চাবনা মী অমুক ওল্লক্রবদা নিংথৌ অদুনা মাগী শিগদবা মথায় অদু কনবিবগীদমক্তা মনাই হৈতুপ চাবদা মাগী লৈবাক তথ্বায় অমা পীদুনা সনা লুপা ফৌগে লনগৈ ময়াম অমা পীদুনা লায়রবা মনাই হৈতুপ চাববু অনীশুবা নিংথৌ অমগুম লৈবাক অদুদা য়ান্না নুংঙাইনা মাগী নুপী লায়রবী অদুগা লোয়ননা লৈমীন্নহনখি। ■

# কতন



*নিংথৌনা কতনদা সনা লুপা লনথুম পীবা*

**থায়না** মমাঙঙৈদা লুখ্রাবী  অমগী য়াম্না তনবা মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপা অদু য়াম্না তনমনবদগী লৈকায় অদ্দা লৈবা মীশিংনা মাবু "লুখ্রাবী মচা কতন", "লুখ্রাবী মচা কতন" হায়রগা অদুম খঙনরম্মী।

নোংমদি কতনগী মমা লুখ্রাবী অদুনা মচাগী অতনবা অদু মৌ অমা থিরগা খরা ফগদ্রা খন্দুনা কৈরোয় লৈকায়দুনা হায়জ-চৎচা তৌদুনা মচাগী নুপী অমা থিবিরম্মী। অসুন্না মমা মচা মখোয় অছুম মতম খরা লৈমিন্নরবা মতুংদা কতনগী মমা লুখ্রাবী অদু লাইগী খুয়া তানখিরম্মী। অদুগা কতনগী নুপী অদুনা মচা

অমত্তা পোক্তবদগী কতনগীদমক্তা মানা নুপী অমা অমুক হায়নদুনা লৌবিরম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা কতনগী নুপী অনীদুনা হায়রম্মী, "ঙসিদি য়েনশাং অহাউবা অমা থোংজগে লৈপূং য়াকাবা লাইগুরু অহল মরক ফম্বা য়াওবীরু" হায়দুনা নুপী অনী অদুনা কতনদা শরেঙ অমা থোংলগা পীজরম্মী। কতন্না শরেং থোংবা অদু হাউনা চারগা ফিজাও লৈরূম অমা ইল্লগা থোরকপদা লৈপূঙ ফল্লিবা মীয়াম অদুনা, "য়েংউনহে! ঙসিদি লুখ্রাবী মচা অসি লৈপূঙ ফম্বা থোরক্লে। কদায়দা ফমগে য়েংশি" হায়দুনা খূবাক খূরদুনা নোক্লরম্মী। মদুদা কতন্না লৈপূঙ ফম্বা হায়বা অসিদি মীবা মীপাউ ঙাঙনবগী ফম্বনি, করি তৌরুগনো, মীবা মীপাউ ঙাঙনববু ৱানী হায়দুনা ময়াম অদুদগী খরা লাপনা ফল্লম্মী।

অসোমদনা অমুক কমদৌরি হায়বদা কতনগী নুপী অনী অদুনা মখেয়গী নুপা অদু লৈপূঙ ফম্বা য়াউরবনিনা তনবা খরা ফরগনি খন্দুনা নুংঙাইজে। নুপী অনী অদুনা মখোয়গী নুপাদা নুংতিগী লৈপূঙ ফম্বা খরা ঙাইহাক-ঙাইহাক চৎপীয়ু হায়বদগী কতননা নুমিৎ মরিনি মঙানিদি লৈপূঙ ফম্বা চৎলম্মী। অদুগা নোংমগী নুমিৎ অমদা কতন্না অমুক হায়রম্মী, "ঙসিদি নহালগী অদুমাইনা শরেঙ অমত্তা হাউনা থোংলগা চাশি।" ৱাসি তাবদা মাগী নুপী অহন্না কৈথেন্দগী শরেঙ অমা লৈরুরগা অতোনবীবু থোংহন্দুনা পীজরম্মী। শরেঙ থোংবা চারগা কতন্না লৈপূঙ ফম্বা য়াওব্রা য়াওদে, চৎতে, লৈকূৎ লৈরাই অমদা মাগী লৈরুম অদু ইনশিল্লগা তূমীন ফমদুনা লৈরম্মী। মসিদগী অমুক করি তৌরে হায়ববু কতন্না ফল্লিবা লৈকূৎ লৈরাই অদুগী মনাক্তা হঙোই মপু মনাই অনীথক ৱারী শানবা তারম্মী। হঙোই অমোম্না, "ইবুংঙো নঙনদি নোং চুরকনি হায়। হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক অসি কয়া য়াম্না ৱানরে, নোং চুরক্তদুনা। কুম থাসু শুজিল্লক্লে। হৌজিক করম তৌগনি?" হংবদা হঙোই

লাবনা, "চুরক্কনি করিমতা ৱাগনু। ঙসিদগী নুমিৎ মঙানি হেক শুবদা ঈশিংনা পীক থল্লনি। ননীং তম্মো, মদুদা গ্রো গ্রো খোংলো" হায়না হঙোই অনী ৱারী শান্নরিবা অদু তারগা কতন্না নুমিৎ তারক্কুনা ময়ুমদা চঙলকপা মতমদা কেগে য়াংদৌ শোরোক পাবলথক্তা শগোল পাউ লাউরকই, "দেশ অসিদা লৈরিবা অখঙ অহৈ পুন্নমক মপূ সনা কোনুংদা কারক্লগা লৈবাক অসিদা ঈকং থোক্কুনা প্রজা মীয়াম্না অৱাবা তারিবা অসিবু কোকহনবা ঙম্বা নুপা, নুপী অদুদা নিংথৌনা চেংগৈ ফৌগৈ সনা লুপা মনা পীয়ু হায়বতা পীগনি" হায়না সগোল পাউ লাউরকপা অদুবু কতন্না "মীচিনথি মীৱা মীপাউনি" হায়না ৱা ওইনা তারমদে। অদুগা কতনগী নুপী অনী অদুদি ৱা ওইনা পূক্লিং চঙনা তারদুনা কতনদা তম্লম্মী। অদুদা কতন্না মাগী নুপী অনীদুদা শাওনা চৈরম্মী, "তুমীন লৈয়ু মীৱা মীপাউ পুশিল্লক্লগা ৱা ওইনা ঙাঙগনু।" কতনগী ৱা অদু তাবদা নুপী অনী অদুনা, "ইবুংঙো মীৱা মীপাউ নত্তে দেশ অসি নোং চুদ্রদুনা কয়া ৱানরে" হায়না নুপী অনী অদুনা হায়রম্মী। কতন্না, "ফরে অদুদি তরা চাকঙন থোংউ, তরা চাক চারগা ঙসিদি চেংগৈ লনগৈ, সনা লুপা পুন্নমক নিংথৌদগী লৌরুরগে। অতনবা ঐগীসু লাইনা তমই।" ৱা অসি তাবদা মাগী নুপী অতোনবী অদুনা, "ইবুংঙো লৈবাক অসিদা নোং চুদ্রিবা অসিগী মরমবু খঙবিব্রা?" কতন্না, "খঙলবসু থিরম্নু, খঙদ্রবসু থিরম্নু।" অতোনবী নুপী অদুনা করিনোনে হায়রিসিবু হায়রম্লগা তরা মথেল লাংদুনা মখোয় অহুম তরা চাক চারম্মী। কতন্না তরা চাক চারগা মাগী লৈরূম অমনবদু ইনশিল্লগা সনা কোনুং কাখিরম্মী। সনা কোনুং য়ৌবদা নিংথৌগী অঙম অথৌ মন্ত্রী প্রজা মীয়াম পুন্নমক্লা, "করম্নো? ঙসিদি লুখ্রাবী মচা কতন সনা কোনুং কারকই, মাগী ফিভমসিদি নিংথৌ মায়োক্নবা য়ারোই। দোলাই পান্নবা নখোয়না মতাইদা থৈজিল্লু" হায়রকপদগী দোলাই পাবনা লুখ্রাবী মচা কতনবু মতাই অমদা

ফমফম অমা পীদুনা থৈজিনখ্রে। অদুগা কতন্না সনা কোনুং কারকপা অদুদা লৈরম্লীবা পাত্র মন্ত্রী প্রজা মীয়াম অদুনা ঙসিবু করি থোক্লগবা হায়না বানখ্রে।

মসিগী মতুংদদি নিংথৌনা, "ঙসি তিল্লিবা পাত্র, মন্ত্রী, প্রজা, মীয়াম অসিদগী অখঙ-অহৈ য়াওরবদি লৈবাক অসি করম্বা মতমদা নোং চুগনি হায়বা অদু তাকপিয়ু"। নিংথৌগী বা অসিদা তিল্লিবা অঙম-অথৌ পাত্র, মন্ত্রী, প্রজা মীয়াম পুম্নমক কনা অমতা খঙই হায়রক্ত্রে। খঙদে, খঙদে - খঙই কৌবদা কনামতা খুম্নরক্ত্রবা কান্দুদা লুখ্রাবী মচা কতন্না, "ফরে হন্দক্কী ফৌগে, লনগৈ সনা, লুপা ময়াম অসিদি ঐগী ওইয়ু তমখ্রবোইরে" খন্দুনা লুখ্রাবী মচা কতন্না পোনবোন হৌগৎলম্মী। মানা হৌগৎলকপা উবদা তিল্লম্লিবা মীয়াম অদুনা, "ফমথৌ, ফমথৌ" হায়রকই। কতন্না, "হৌজিক কনা অমত্তনা খঙদ্রবা নৎত্রো?" হায়না হংলম্মী। ময়াম পুম্নমক্না, "খঙদ্রে, খঙদ্রে"। কতন্না, "অদুদি ঐ সনা চরন্দা হঙ্গৎলগে"। মীয়াম্না নঙ খঙব্রা?, কতন্না, "হোয়-হোয় অখঙবা খরা তমজগে" হায়রগা হৌগৎলকইবনি। মীয়াম্না লম্বী ময়ায় লাওনা ফাৎলি। লুখ্রাবী মচা কতন্না ঙসাইগী হঙোই মপু মনাইনা হায়নখিবা বা অদুনা ওজা ওইরদুনা করিগুম্বা লাল্লবসু অঙাং ওল্লগে, চুম্লবসু হিংলগে শিবা হিংবা হায়বা অসিদি ঐনা তম্বা ঙম্বা নত্তে মপু মাগী থৌশীন্নি খল্লদুনা লুখ্রাবী মচা কতন্না হায়রকই, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই কতন্না সনা খুয়া খাদা খুরুমজরি। লৈবাক অসিদা ঈকং থোক্লিবা অসিগী মরমদা সনা পূক্লিং করিমত্তা বাবীগনু। ঙসিদগী নুমিৎ নুমিৎ মঙানি শুবদা লৈবাক অসিদা নোং চুরগনি।" নিংথৌনা, "চুদ্রবদি কতন।" কতম্না, "চুদ্রবদি ইনিংথৌ ননাই কতনবু অঙাং ওলহনবিয়ু। অদুগা করিগুম্বা নোং চুবা থোক্লবদি ননাই কতনদা শ্রীযুৎনা সনা লনগৈ, লুপা লনগৈ পীবিয়ু" অসি হায়রম্লগা কতন ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লমই। অদুগা প্রজা মীয়াম পাত্র, মন্ত্রী, অঙম-অথৌ পুম্নমক অদুসু ঙসিদগী মঙানি শুবা নুমিত্তা লুখ্রাবী

মচা কতনগী চাংয়েং য়েংবা হায়বদু মণ্ডায়রে হায়দুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিরম্মী।

সোমদনা মাগী নুপী অনীদুনা কতন্না সনা, লুপা, ফৌগে, চেংগে পুরক্লগা নুংঙাইরগনি হায়দুনা কতনবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। কতন্না ময়ুম হেক চঙলকপদা নুপী অনী অদুনা, "ঙসাইদি ফৌগে, চেংগে, সনা, লুপা পুরক্লগনি হায়রমবদাই" হায়না হায়বা লোইদ্রিঙৈদা কতন্না, "কদায়দৈনো, তুমীন লৈয়ু নখোয়না খঙবা নত্তে। নুংতিগী ঐ সনা কোনুং কারগদবনি" হায়না নুপী অনীদুদা চৈরম্মী। অসুন্না হৌখিবনা নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিত্তুগী অয়ুক্তগী নোংনা ভ্তান মাঙবমখৈ চুরক্তুনা কতন্না লৈরিবা লৈবাক অদু ঈশিংনা পূমথূম থূন্নম্মী। নিংথৌনা পাত্র, মন্ত্রীগী মী থারক্তুনা লুখ্রাবী মচা কতনবু কৌখৎলম্মী। অদুগা নিংথৌনা, "নুংঙাইরে হৌজিক্তি কতন নহাক্কী নবাহে নখোন তারগা নিংথৌ ঐনা পূক্লিং পেন্না লৈবগুম নঙসু লৈনবা অপাম্বা ফম অমত্তং অদুক খল্লু" হায়রম্মী। মদুদা লুখ্রাবী মচা কতন্না, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই কতন ফম পামজদে। ননাইনা পামজবদি ফৌগে, চেংগে, সনা, লুপা লনগৈ থুমগৈনি" হায়না খুন্নম্মী। নিংথৌনা, "মদুগী মথক্তা অপাম্বা অমগসু খনজৌ।" কতন্না, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই কতনগীদি খনজরিবা হায়জরিবা অসিনা অরেপ্পনি অতৈ অমা খনবা লৈজদে।" কতনগী বা অসি তাবদা নিংথৌনা, "ফরে অদুদি কনা কনা লৈ? কতনগী ময়ুমদা ফৌগে, চেংগে, সনা, লুপা লনগৈ থুমগৈশিং অসি থিল্লুচো" হায়দুনা মনায় ময়াম থারক্তুনা লুখ্রাবী মচা কতমগী ময়ুমদা চেংগে, ফৌগে, সনা, লুপা লন-থুমনচিংবা কয়া থিল্লক্লম্মী। অসুন্না মতম খরা লৈরবা মতুংদা নিংথৌনা অমুক কৌখৎলগা কতনদা মন্ত্রী ফম অমা পীরম্মী। মতৌ অসুন্না কতন্দু য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরম্মী। ■

# হাওশি

**থায়না** মমাঙঙেদা হাওশি কৌবী নীপীমচা অমখক লৈরম্মী। মহাক অসি মমা পোক্তবীনা য়োক্রম্মী। নোংমদি হাওশিবু পোকপা মপানা মচানুপীগী থাজ-য়োনজবদা হাপনবনি হায়দনা তওৎ অমা তমং অমা অরাপ্পা মফমদা শীংউগে হায়দনা শীংবা চৎখিরম্মী।

হাওশি পোকপনা তওৎ তমং শীংবা চৎথ্রিঙৈদা নোংমা হাওশিগী মমান্নবী ময়াম্না হাওসিগী ময়ুমদা লাক্লুনা হায়রম্মী, "ইতা হাওসি, হয়েংদি ঐখোয় ময়াম কাং শান্নবা চৎসি।" হাওশিনা, "ইতাশা ঐহাক্তি ইমাতোন্না য়াদ্রবদি ঐনা হেক্তা য়াওজগে হায়বা ঙমদবনিনা ইমাতোন তুরেল মপান্দা ফি শূরিবনি ইমাতোন্দা অমুক্তা হায়বিরম্মু।" হাওশিগী ৱা অসি তাবদা মমান্নবীশিং অদুনা তুরেল মপান্দা চত্তুনা হাওশিগী মমাতোন্দা হায়রম্মী, "ইমাতোন, ইতা হাওশিগা হয়েংদি ঐখোয় ময়াম কাং শান্নমিন্নগে।" মমাতোন্না, "শান্নমিন্নৌ ইচাশা।" মমাতোনগী ৱা অসি তাবদা মমান্নবিশিং অদুনা হাওশিগী মনাক্তা অমুক লাক্লগা হায়রম্মী, "ইতা হয়েং ঙস্তা লাকউকো।" হাওশিনা, " ফরে ফরে ইতাশা অদুদি ঐ হয়েং ঙস্তা লাক্লগে" হায়দুনা লৈহৌই।

মমাতোন্না ফি শূরুবা কারকপদা হাওশিনা চাক থোংলগে খন্দুনা, "ইমাতোন করি য়েঙ্গুং থোংউগে" হায়না হংজরম্মী। মমাতোন্না, "সঙ্গি য়েনবুম থোংউ।" হাওশিনা সঙ্গি য়েনবুম থোংদুনা চাক লোয়রবদা, "ইমাতোন চাক লোয়রে চারসি" হায়রম্মী। মমাতোন্না চাকলুক মপান্দা পরপ-পরপ চঙশিন্লক্লগা

য়েঙ্খাং অদুদা মমিৎ শংত্রিক য়েংলগা, "হাওশি, করি করি য়েঙ্খাংনো নঙনা থোংইবসিদি?" হাওশিনা, "ইমাতোন সহি য়েনবূম্নী, ইমাতোন্না ঙসাই থোংঙু হায়বদুনী।" হাওশিগী বা অসি তাবদা মমাতোন্না, "করি ঐনা ঙসাই তুরেল খোঙবাল থোংউ হায়গে হায়রগা" হায়দুনা হাওসিগী মরায়বক্তুদা খোঙপাক্লা কাওরম্মী।

নোঙাল্লগা অমুক হাওশিনা, "ইমাতোন, ঙসিদি করি য়েঙ্খাং থোংউগে? ঙরাঙসু ইমাতোন্না সহি য়েনবূম থোংউ হায়দনা সহী য়েনবূম থোংলগা ইমাতোন্না চাক চারমদাইদা ঐনা তুরেল খোঙবাল থোংঙু হায়রগা সহী য়েনবূম থোংঙী হায়দনা লাইবক্তা খোঙপাক্লা কাওবী। অদুনা ঙসিদি মুন্না তাকপিয়ুকো য়েঙ্খাংসে ইমাতোন।" মমাতোন্না, "ঙসিদি তুরেল খোঙবাল হেক থোংউ।" হাওশিনা তুরেল খোঙবাল থোংদুনা চাক লোয়রবদা, "হো ইমাতোন, চাক লোয়রে চারসে" হায়না হায়ম্মী। মমাতোন্না ঙসিসু ঙরাংগুম্না চঙলক্তুনা য়েঙ্খাং অদুদা মমিৎ শংত্রিক য়েংলগা, "নঙবু ঐনা তুরেল খোঙবাল থোংউ হায়ব্রা, সহি য়েনবূম থোংউ হায়রগা" হায়দনা হাওশিগী লবাই কোয়রেনথক্তা য়োৎকী খাবৈ চীন্নায়বীনা শেৎ-শেৎ হেক থাবদা ঈনা ওরো-ওরো থোক্তুনা হাওশিদু মপাগী ফমজাউদা কপ্ল-কপ্লদুনা চৎখিরম্মী।

অদুদগীদি হাওশিগী মমান্নবীশিং অদুনা, "ইতা হাওশিদু ঙরাংদি কাং শান্নবা ঙস্তা লাক্কনি হায়হৌবনি অদুগা হৌজিক ফাওবা লাম্ব্রিবা অসিবু করি তৌরবজাৎনো, ঐখোয় ময়াম চৎলগা য়েংলুসি" হায়দুনা মমান্নবীশিংদু হাওশিগী ময়ুমদা লাক্লম্মী। অদুগা মমাতোন্দা, "ইমাতোন, ইতা হাওশিদি কাং শান্নবা লাক্লবদি কৈদৌরে?", মমাতোন্না, "ঙশায়দগী কাং শান্নবা চৎলুচো য়াদে মপাগী ফমজাওদা তুমইবনী।"

মতা ময়াম অদুনা হাওশিগী মনাক্তা চঙদুনা, "ইতা হাওশি কৈদৌরে

কাং শান্নবা লাক্ত্রবদি?” হাওশিনা, “ঙরাংদো ইতাশা ইমাতোন্না সম্বী য়েনবুম থোংঙু হায়না থোংঙে অদুগা, “নঙবু সম্বী য়েনবুম থোংঙু হায়ব্রা— তুরেল খোঙবাল থোংউ হায়রগা” হায়না ইমাতোন্না ঐগী লাইবক্তা খোঙপাক্লা কাওই। ঙসিসু ঐনা ইমাতোন করি য়েঙ্খ্লাং থোংউগে হায়না হংবদা ইমাতোন্না তুরেল খোংবাল থোংউ হায়দনা তুরেল খোঙবাল থোংঙে অদুগা চাক চারমদাইদা “নঙবু ঐনা তুরেল খোঙবাল থোংউ হায়ব্রা সম্বি য়েনবুম থোংউ হায়রগা” হায়দনা ঐগী লবাই কোয়রেন থকসিদা য়োৎকী খাবে চীন্নায়বীনা শেৎ-শেৎ কনবতা ঐগী কোকসি কায়দুনা হৌজিক্তি ইতাশা ঐসে শিরে। নখোয় ময়াম্না ঐবু অমুক্তা চুরিমখাদা পোৎলোয়বিরম্মু” হায়না হায়রক্লবদা হাওশিবু চুরি মখাদা পোৎলোইবিরম্মী।

অসুন্না মতম খরা হৌখ্রবা মতুংদা হাওশি পোকপা মপানা ইচা হাওশিদুবু করি তৌরজাৎনো মঙদা ওম্থোক্লা নুংঙাইতনা উরমখ্রে হায়দুনা মচাগী তওৎ তমং অদু পুরদুনা পরপ-পরপ লাকপদা হাওশিগী মমান্নবিশিংদু খরাই



*মমা পোক্তবীনা হাওশিদা য়োৎকী খাবেনা থাবা*

থোঙ্গালদা মখোয় ময়াম ফমদুনা লৈরম্মিবা অদু উরম্মী। "ইচাশা নতা হাওশিদি?" মতা ময়াম অদুনা মথৱায় নুংঙাইতনা খুম্লক্লম্মী—

"ইপা ইবুংঙো হিদিঙ্গা লল্লোনবা। পলেম ইমা পোক্তবীনা য়োৎকী খাবে চীন্নায়বীনা লবায় কোয়রেন থক্তা হাওশি ফ্বিরে। ইপা ইবুংঙো, ইপাসু লেঙশিনৱ্রো, পহৌগী খরাই থোঙ্গালদা নমোম ঐখোয়সু হল্লগে।" অসুন্না মমান্নবীশিং অদু কপ্ল-কপ্ল ময়ুম-ময়ুমদা হনখিরম্মী।

হাওশি পোকপা মপানা ময়ুমদা চঙলগা, "নুপী, ইমোমদি কদায় চৎখি?" মমাতোন্না, "হাওশিদো কাং শান্নবা চৎখি মমান্নবশিংগা।" মমাতোনগী ৱাসি তাবদা ঙসাই মমান্নবিশিং অদুনা হায়রকইবা ৱাতা অদুদা চিংনবা পোক্লদুনা নুপীদুদা মমিৎ খানা য়েংলগা, "কৌরকউ অদুদি, নপা লাকএ হায়না।" হাওশি পোকপা মপাগী ৱা অসি তাবদা মমাতোন্দুনা কৌদবা য়াদ্রদুনা কৌশিন্নরম্মী— "হো হাওশি, হাওশি নপা লাকএ লাকও।" হাওশিগী মথৱায়না— "হো ইমাতোন, কাং পাঞ্জল অমত্তা থোইজরকখিগে।" অমুকসু মপানা, "কৌরকউনে ইচাদো তাননবা।" মমাতোন্না হাওশি পোকপবু কিদুনা অমুকসু কৌশিন্নে, "হো হাওশি, হো হাওশি, নপা লাকএ লাউ।" হাওশিগী মথৱায়না অমুকসু— "হো ইমাতোন, কাং পাঞ্জল তরেৎ শুগদবা অমত্তং ঙায়রে, ইমাতোন ঐ অমুক্তা থোয়রকখিগে।" অসুন্না মমাতোন্না কৌবা য়াবা কৌরবদা নুমিৎ তাশিল্লক্লবদা মচানুপীনা লাকপা কৌবা লৈত্রবদা হাওশি পোকপনা মাগী নুপী অতোম্বী অদুনা মচানুপী হাওশিবু হাৎলে হায়বা খঙলদুনা মাগী নুপী অদুবু থাঙনা থিন্দুনা হাৎলম্মী। অদুগা মখোঙ নাম্মনা কোম্থোংদা য়ান্দুনা থল্লম্মী। অদুগা মখোঙ নাম্মনা ফৌলাং য়ুঙাক্লখি। অদুগা হাওশি পোকপা মপানা মচা লৈত্রবা তাইবং অসিদা ইতোমতা হিংলুদুনা কৈদৌরগনো হায়দুনা মথক্তা থাঙনা থিনজদুনা শিজখি। ■

# সনাখোনমানবী অমসুং লুপাখোনমানবী

**থায়না** মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। নিংথৌ অদুগী মহারাণী অদু মচানুপী অনী পোক্লবা মতূংদা শিখিরম্মী। মচানুপা অনী অদুগী মমিংনা সনাখোনমানবী অমসুং লুপাখোনমানবী হায়না কৌরম্মী।

মহারাণী অদুনা শিগ্লবদা নিংথৌ অদুনা নুপী অতোপ্পী অমা অমুক থিরম্মী। মহাক্না থিরকিবা নুপী অতোপ্পী অদু হিংচাবী ওইরম্মী অমসুং মতম খরা লৈরবা মতুংদা মহাক য়াম্না কন্না নারম্মী।

মহারাণী অতোপ্পী অদুনা য়াম্না কন্না নারবা অদুদা নিংথৌনা, "করি চানীংই" হায়না হংলম্মী। মদুদা মহারাণী অতোপ্পী হিংচাবী অদুনা, "ইনিংথৌনা ননাইনুবীনা চানিঙবা পীজগে হায়রবদি বাশকপিয়ু" হায়রম্মী। মহারাণী অতোপ্পীগী বাসি তাবদা নিংথৌ অদুনা নোকফেৎ তৌনা মহারাণী অদুদা য়েংলগা, "সৈত্য পীজগে, নঙনা চানীংবতা হায়য়ূ" হায়না বাশক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা সৈত্য হায়না বাশক্লবা অদুদা মহারাণী অতোপ্পী হিংচাবী অদুনা হরাওরদুনা হায়রকই, "ইনিংথৌনা সৈত্য হায়না বাশকপিরবনিনা ননাই ঐহাক হৌজিক লুপাখোনমানবীগী ঈ থক্লগে, ননাই ঐগী অনাবা অসি লুপাখোনমানবীগী ঈ থক্লবদি ফগনি।" মহারাণী অতোপ্পীগী বাসি তাবদা নিংথৌ অদু হায়ফম খঙদনা শাউনীংবা পোক্লম্মী। অদুবু বাশকথোকপ্লবা

কৌবনিনা নিংথৌ অদুনা মচানুপী লুপাখোনমানবীগী ঈ অদু মহারাণী অতোম্বী অদুদা পীথকপা তারম্মী। মরম অদুনা নিংথৌ অদুনা মনাই অমা কৌশিল্লগা বা তান্নরম্মী। অদুগা মনাই অদুদা মচানুপী লুপাখোনমানবীবু বন্দা পরগা কনা খঙহন্দনা মঙক কক্নুনা হাৎলগা ঈ উতোং অমা পুরকউ হায়না হায়রম্মী।

নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নিংথৌগী মনাই অদুনা লুপাখোনমানবীবু কনা খঙহন্দনা বন্দা পুরগা মঙক কক্নুনা হাৎলম্মী। অককপা মঙক অদুদগী ঈ উতোং অমা লৌরম্মী। অদুগা লুপাখোনমানবীগী অককপা মকোক অদুগা মশা অদুগনা বন্দ অদুদা কোম অমা তৌরগা ফুমজিন্দুনা থম্লম্মী। অদুদগী নিংথৌ মনাই অদুনা ঈ উতোং অদু পুরগা সনা কোনুং তন্না লাক্নুনা নিংথৌ অদুদা পীরম্মী।



*লুপাখোনমানবীগী মঙক কক্লগা ঈ লৌবা*

নিংথৌ অদুনা মচাগী ঈ উতোং অদু মহারাণী অতোম্বী অদুগী মনাক্তা পুরক্লগা থরুনবা পীরম্মী। নিংথৌনা পুরকপা লুপাখোনমানবীগী ঈ উতোং

অদু মহারাণী অদুনা খুদক্তা লোয়না থকচিল্লম্মী অদুগা উতোং অদুনা খোঙনাওদা লংথোকখিরম্মী।

মহারাণী অতোম্বী হিংচাবী অদুনা ঈ থকপা লোয়রগা হুন্দোকপা বাগী উতোং অদু সনাখোনমানবীনা তুমিন্না খুল্লম্মী। অদুগা মমানা লোইরম্বা হূই অদুগী মনাক্তা চঙলগা হায়রম্মী, "হা তাউবা হূই নঙদি ইমা লৈরিঙেদা ইমানা সুনা তৌরম্বা হূইনি। নঙনা খঙদ-উদবা লৈতবনি। নঙদি পূন্নমক খঙবনি। পূন্নমক উবনি। নঙনা ঐবু লুপাখোনমানবীগী মনাক্তা পুদুনা চৎপিয়ু" হায়না সনাখোনমানবীনা হায়রবদা হূই অদুনা সনাখোনমানবীগী ফিজি অদু চীক্লগা লুপাখোনমানবীনা লৈরিবা বন অদুদা সনাখোনমানবীবু পুদুনা চৎলম্মী। বন্দ অদু য়ৌরগা লুপাখোনমানবীবু হূই অদুনা মখোঙনা হোৎতোক্লুনা লৈনুংদগী লৌথোক্লম্মী।

হূইনা লৌথোক্লকপা মনাওগী অককপা মকোক অদু উবদা সনাখোন-মানবীনা মনাওবু কৌদুনা কপ্পা য়াবা কপ্লম্মী। অদুগা মমৈথংদা শিগ্রবনিনা কান্নররোই হায়না খল্লদুনা সনাখোনমানবীনা খুল্লকপা উতোং অদু পুথোক্লুনা, "হা নুমিৎ ইবুংঙো ঐগী ইনাওগী অককপা মকোক অসি শমজিন্নহনবিয়ু" হায়না শুরুমদুনা সনাখোনমানবীনা উতোংদুদা তৈরিবা ঈ অদুনা লুপাখোন-মানবীগী অককপা মঙক অদুদা তৈরম্মী। অদুদগী অককপা মঙক অদু শমজিন্নখিরম্মী।

অদুদগী লুপাখোনমানবীনা, 'ইচে ঐদি নুংঙাইনা তুম্লুরেদা, ইচে নঙ ঙসাইমখে কদায়দা চৎলুবগে ইচে?।" সনাখোনমানবীনা, "ইবেম্মা ইচে করিসু চত্তে, ইচিল ইনাওদি য়ুমদা হনজিন্দুনা থবায় হিংলরোয়, কদায়দনো অমা থুনা চৎলসি" হায়দুনা সনাখোনমানবীনা লুপাখোনমানবী অমসুং হূই অদুবু পুরগা লাক্লম্মী। বন অদু ফাওদুনা শুম লাকপদা তুরেল অচৌবা অমা থেংনরম্মী।

খুঙ্গং অদুদা লৈবা ধোবী নুপী অমনা তুরেল অদুদা ফি শূদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা সনাখোনমানবীনা, "হা ইবেন ধোবী, নওগী থবক পূন্নমক ঐখোয় তৌজগে, নশু ওইরবসু ওইজগে, ননাই ওইরবসু ওইজগে, তুরেল অসি অমুক্তা লাম্বোকপিয়ু।" অদুদগী ধোবী নুপী অদুনা লুপাখোনমানবী অমসুং সনাখোনমানবীবু লাম্বোকপিরম্মী। সনাখোনমানবীনা অমুক, "হা ইবেন ঐখোয়গা লোয়নরকপা হূই অসিবুসু অমুক্তা তুরেল অসি লাম্বোকপিয়ুবা, হূই অসি ইমানা লুনা তৌজরম্বনি" হায়না হায়রবদা ধোবি নুপী অদুনা হূই অদুবু মানা শুরিবা খুদেং অদুদা হাপচিল্লগা তুরেল অদু লাম্বোকপীরম্মী। অদুগা ধোবী নুপী অদুনা সনাখোনমানবী, লুপাখোনমানবী অমসুং হূই অদুবু মাগী ময়ুমদা পুদুনা লাক্লম্মী।

সনাখোনমানবী অমসুং লুপাখোনমানবী অনীনা ধোবী নুপী অদুদা, "ইবেন ঐখোয় অনীদা করি করিনো শিস্থা অমত্তা পীনবিয়ু" হায়না হায়রম্মী। মসিদা ধোবী হনুবী অদুনা, "চাক্তি ইবেন থোংলগে, নখোয় অনী লৌ ঙাকউ" হায়না হনুবী অদুনা চাক থোংলম্মী।

অদুদগীদি লুপাখোনমানবী অমসুং সনাখোনমানবী অনীনা লৌবুক্তা লৌ ঙাকপা চৎলম্মী। লুপাখোনমানবীনা লুপাগী কবোক মশা অমদা তোংলম্মী। অদুগা সনাখোনমানবীনা সনাগী কবোক মশা অমদা তোংলগা,

*হাদা উরিৎ নাপংবী*
*নমানা কৌই তাদবী*
*নপানা কৌই খঙদবী*
*উলোং থক্তা য়ারেকপী*
*ফৌলাং থক্তা শৈদাংবী*
*হোয়-য়া য়া-হোয় য়া-য়া...।*

মসি হায়না বা কবাক অমমম পায়রগা তাল থা থাদুনা মখোয় অনীনা ঈশৈ শুম শকপদা মখোয়না তোংলিবা লুপাগী কবোক মশা অমসুং সনাগী কবোক অনী অদু পেক-পেক লাউনা তেক্লম্মী। মখোয় অনীগী কবোক মশাশিং অসি তেকপগা তান চান্নবা নিংথৌ মনাই শজিক লোয় ময়াম অমা মফম অদুদা শজিক ফানবা লাক্লম্মী।

নিংথৌ মনাই শজিকলোই ময়াম অদুদা সনাখোনমানবীনা, "হা নিংথৌ মনাই শজিকলোয়শা ঐগী সনাগী কবোক মশা অমসুং ইনাওগী লুপাগী কবোক মশা অসি অমুক্তা শম্বীরম্মুবা" হায়না সনাখোনমানবীনা হায়জরবদা নিংথৌ মনাই শজিকলোয়শিং অদুনা মখোয় অনীগী কবোক মশাশিং অদু শেম্বীরম্মী।

নিংথৌ মনাই শজিকলোয়শিং অদুনা সনা কোনুং য়ৌরগা নিংথৌদুদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাই ঐখোয়না ঙসি শজিক ফানবা চৎপদা ফজরবী নুপীমচা অনীনা সনাগী কবোক অমসুং লুপাগী কবোক মশা অমমমদা তোংলগা বাগী কবোক অমমম পায়রগা ঈশৈ শক্তুনা লৌ ঙাকপা, মখোয়গী সনাগী কবোক লুপাগী কবোক মশাশিং অদু পেক-পেক লাউনা হেক তেকখিরম্মী। অদুদগী নুপী অনীদুনা ঐখোয়বু মখোয়গী সনাগী কবোক অমসুং লুপাগী কবোক মশাশিং অদু খরা শম্বীরম্মু হায়দনা ঐখোয় ময়াম্না সনাগী কবোক অমসুং লুপাগী কবোক মশা অদু শম্বীরম্মী" হায়না হেক তম্বদা নিংথৌদুনা, "ইনাইশা অদুদি নুপী অনীদু য়েংলুসি" হায়না মনাই ময়াম পুদুনা লাক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা সনাখোনমানবী অমসুং লুপাখোনমানবী অনীবু উবা মতমদা নুংশিবা পোক্লদুনা মখোয় অনীমক মহাক্কী মহারাণী ওইনা কোনুংদা নুংঙাইনা লৈরুরসি হায়না হায়রম্মী। নিংথৌগী বা অসি সনাখোনমানবী অমসুং লুপাখোনমানবীনা য়ারদুনা নুমিৎ অদুদগী মখোয় অনী সনা কোনুংদা নিংথৌ অদুগী মহারাণী ওইনা য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরম্মী। ■

# থবী ফূকপগী ৱারী



*থম্বালনা উচেক লাংমৈগী মতু কোথচিনবা*

**থায়না** মমাঙঙৈদা থম্বাল কৌবী নুপীমচা অমা লৈরম্মী। মহাক্না চহী অমরোম শুবা মতমদা মহাক্কী মমা অদু শিখিরম্মী। থম্বালগী মমা শিথ্রবদা থম্বালগী মপানা মচানুপীবু য়োকপিনবা হায়দুনা নুপী অমা থিরম্মী। অতোপ্পী নুপী অদুনা তাদম্নী কৌবী নুপীমচা অমা পোক্লম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা পুংকক চাউরবী থম্বালনা মনাও তাদম্নীবু চীংদা থবী ফূকপা চৎলুসি হায়না পুদুনা চৎলম্মী। অদুগা থম্বাল কৌবী নুপীমচাদুনা মানা ফূক্লিবা থবীশিং অদু ঐগী ইমা পোক্তবনিনা ইপাসু পোক্তবগা মান্নরে অদুনা মখোয়গীদমক খাক্লুদুনা করিবু কান্নরিবগে হায়দনা থবীশিং অদু ফূক্ল-ফূক্লগা লোয়নমক অসুম চাথোক্লম্মী। অদুগা তাদম্নী কৌবী নুপীমচা অদুগীদি থবীশিংদু ফূক্ল-ফূক্লগা সিনা ইমাগীনি, সিনা ইপাগীনি হায়না অসুম-অসুম খাকপদা শংবাই নীংঙাই ফারক্লম্মী। অদুদগী থম্বালনা থবী খরা হাথু হাথুনা ফূক্লগা মনাও তাদম্নীদা হায়রম্মী, "ইচেগী ইবেম্মা তাদম্নী, থবীশিং অসি তুরেলদা চামলুর্রসি।" তাদম্নীনা, "ইমা পাবনা চৈরম্লগনি চামদনা অসুম পুথ্রসি।" থম্বালনা, "করিনো, তাদম্নী, নঙোন্দদা চৈদ্রগা ঐঙোন্দদি চৈরোইদ্রা?" ঐনা হায়রিবসিনি , চৎশি" হায়না নমদুনা তাদম্নীবু তুরেলদা পুরম্মী।

থম্বাল অমসুং তাদম্নীনা তুরেলদা থবীশিং অদু চামগে হায়না কুমথবদা ঙা কিহোম লাইরেম্মা অমা ঈশিং মনুংদা চাদুনা লৈরম্মী। ঙা কিহোম লাইরেম্মা অদু উবদা থম্বালনা, "ঐগী ইনাও, তাদম্নীসি ঙা কিহোম লাইরেম্মা অসিদা পীজখ্রগে। মহাক লৈত্রবদি ইমাগা পাবগনা ঐবু লুনা তৌবীগনি খন্দুনা, "হা ঙা কিহোম লাইরেম্মা ঐগী ইনাও তাদম্নী অসি নঙ চাজরোসে" হায়না মনাওগী মঙক অদু পায়রগা ঙা কিহোম লাইরেম্মা অদুদা লংশিল্লম্মী। ঙা কিহোম লাইরেম্মা অদুনা তাদম্নীবু য়োংখিরম্মী। অদুগা থম্বালনা তাদম্নীগী থবীশিং অদু পুরদুনা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী।

থম্বালনা থবী পুদুনা ময়ুমদা হল্লকপা উবদা তাদম্নীগী মমানা তফিং তফিং হংলম্মী, "ইমাগী ইবেম্মা থম্বাল নহাক্তি কদায় চৎলুই? ননাও তাদম্নীদি নঙগী নতুং ইদ্রা? ইমানা লৈকায়দা থিরুবশু লৈতে।" মমাগী বাসি তাবদা থম্বালনা শেম শাদুনা খুমলকই। "ইমা ঐদি চীংদা থবী ফূকপা চৎলুই। ইমানা

তাদম্নীদি ঐগা চৎমিন্নগনু হায়না হেক হেক চৈবদুদা নচাদি ইনাওবু পুজদে। ইমানা লৈকায়দা মুন্না থিবীয়ু লৈকায়দা লৈরমগনি।" থম্বালগী বাসিদা মমানা চুন্নবোই নীংদুনা লৈকায়দা থিবা য়াবা থিরম্মী। অদুবু ফংবা কৌবদি লৈখিদ্রে। অসুন্না নুমিৎ মরিনি মঙানি তাদম্নী থিবা খঙলক্রবদা মমা মপা অনীনা মচাবু থিরুদুনা কান্নররোই শান্নবা চৎপা খোৎপদা শা-কৈনা চাদুনা শিরম্লগনি শোরাৎ ওইনা শোল্লশি হায়না লেপ্নরম্মী।

শোরাৎ নুমিৎতা তাদম্নীগী মমা মপা অনীনা তুরেলদা ঈরুজবা চৎপদা ঙা কিহোম লাইরেম্মা অমা চারদুনা লৈরম্মী। ঙা কিহোম লাইরেম্মা অদুবু উবদা তাদম্নীগী মপানা হায়রম্মী, "চৎলু নুপী নঙ লোংউপ লৌবুসো। মসিদা চারিবা ঙা কিহোম লাইরেম্মা অসি হোরেন নুংদাং ঙা তংনবা ফাগে?" তাদম্নীগী মপাগী বা অসি তাবদা তাদম্নীগী মমানা পরপ-পরপ চত্তুনা ময়ুমদগী লোংউপ লৌরগা মাগী নুপাদা পীরম্মী। অদুগা লোংউপ অদুনা তাদম্নীগী মপানা ঙা কিহোম লাইরেম্মা অদুবু উপ্তুনা ফারগা ময়ুমদা পুখৎখিরম্মী।

শোরাৎ লোয়রগা তাদম্নীগী মপানা ঙা কিহোম লাইরেম্মা অদুবু পুথোক্তুনা খায়গে তৌবদা তাদম্নীনা ঙাগী মবুক মনুংদগী হায়রকই, "হা ইমা ইপা অনীমক ঐবু শোক্কনুকো।" ঙাগী মবুক মনুংদগী তাদম্নীগী খোঞ্জেল মান্না ঙাঙলকইবা বাহৈশিংশি তাবদা তাদম্নীগী মমানা কীবনা থক থক নীক্লদুনা হায়রকই, "হে নুপা ঙসিগী ঙা অসিদি ঐ ঙম্নলোই নুপা। ঙানা বা ঙাঙলক্লিবা মঙলা তাইবংলা ইচাগী মখোলশু মাল্লী।" তাদম্নীগী মপানা, 'হেরো নুপী নঙসিমা ওম্হোক্লা পাঙখিদ্রে' হায়না মখুৎনা থাঙজৌদু তাপ থাঙৎতুনা থবৎ হেক ককপদা ঙা কিহোম লাইরেম্মাদুগী মবুক মনুংদগী তাদম্নীনা ফন লাউনা চোংথোক্লক্লম্মী। তৌরিবা মতৌ অদুদা মমা মপা অনীদুনা ঙক্লদুনা চপ মান্নবা "ইবেম্মা ইচাদি ঙা কিহোম লাইরেম্মা অসিনা মতৌ করম্না

য়োংলম্লিবনো?" তাদম্নীনা থোকখ্রিবা থৌদৌ অদু শুগায়না মমা মপাগী মফমদা লীরম্মী। তাদম্নীগী বারী অসি তাবদা মমানা "ইচাবু নঙগুম্বনা অদুম্না তৌবা য়াব্রা" হায়দুনা থম্বালবু উরোং শুমজিৎনা কন্দুনা লুখাক কোমদা লৈগদবনি হায়দুনা ইম্নুরম্মী।

নোংঙাল্লগা তাদম্নীনা চাক থোংলম্মী। অদুদা থম্বালনা ঈশিং খৌরাংলদুনা মনাওদা হায়জরম্মী, "ইচেগী ইবেম্মা নঙনা চাক থোংবগী খুৎচুমদু ইচেরোমদা খরা হৈজিনবিরকউ। "মচেগী বাশি তাবদা তাদম্নীনা, "হো ইমা, ইচেনা মঙোন্দা খুৎচুম হৈজিনবীরকউ হায়রে।" মমানা, " চেগপনা হেক থাজিল্লু— হেক কনশিল্লু" হায়না হায়বদগী তাদম্নীনা মচে থম্বালদা চেগপ্না কল্লম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা থম্বালনা উচেক লামৈদোং ময়াম অমা অতিয়াদা পাইরকপা উরম্মী। মদুদা মহাক্না ঐসে অসুম্না লুখাক কোমদা চাদ থক্তনা সুম লৈদুনা করিবু কান্নরুগদগে উচেক লাংমৈশিংগী মরক্তদুম তিনজখ্রগে খল্লদুনা, "হা উচেক লামৈদোং ঐসু নখোয়গী নরক্তা তিনজরগে নখোয়গী নতু নমান খজিক্তা খীকথবিরম্মুবা" হায়না হায়জরম্মী। উচেক লাংমৈ ময়াম অদুনা, "ঐখোয়দি ইচা কোননিংঙাই লৈতেয়ে, তুংদা লাবা ময়াম পাইরকহৌবনি মদুদা হায়য়ু।" থম্বালনা তুংদা লাবা ময়াম পাইরকইবা অদুদা অমুক, "হা উচেক লাংমৈদোং ঐহাকপু নখোয়গী নরক্তা তিনজরক্কে নতু নমাং খরা খীকথবীরম্মুবা।" থম্বালগী বাহৈ অসি তাবদা উচেক লাংমৈ ময়াম অদুনা নুংশিরদুনা, "খীকথবীরমগে খীকথবীরমগে" হায়দুনা মতুশিং অদু জোম জোম খীকথবীরম্মী। থম্বালনা উচেক লাংমৈগী মতু ময়াম অদু খোমজিন্দুনা মচি অমদা পৈশিন্দুনা থল্লগা মনাওগী মনাক্তা চঙলগা অসুম্না হায়রম্মী, " ইচেগী ইবেম্মা ইচেনা ইনাওগী মফমদা য়াম্না লানখ্রে। নঙ নচেবু ঙাকপিয়ু।

ইচেদা য়েতুম অমতংগা লংদুম অমতংগা পীয়ুবা।" তাদম্নীনা, "ইমা ইমা ইচেনা য়েৎতুমগা লুংদুম অমত্তগা পীয়ু হায়রে।" মমানা, "ইচাশিদি অদুদি কোক হেক পীখো।" মমাগী বা তাবদগী তাদম্নীনা মচেদা য়েংতুম অমগা লংদুম অমগা পুথোক্লগা পীরম্মী।

উচেক লাংমৈশিংগী মতুশিং অদু থম্বালনা মশা শীনবা থুংনা অমমমতা ওইনা ফোৎচিঞ্জরম্মী। অদুদা মনাওদা,"ইচেগী ইবেম্মা নুংশিবী য়েৎতুমশিগা লংদুমশিগা নঙ লৌশিনহৌরো ইচেমদি ঙসিদগী উচেক লাংমৈগী মপোক্তা তিনথ্রগে" হায়না মনাওদা য়েৎতুমদুগা লংদুমদুগা পীরম্লগা ফ্রং লাওনা পাইদুনা চৎখিরম্মী। মচেগী মতৌ অদুদা তাদম্নীনা ঙক্লদুনা মমাগী মনাক্তা পরপ-পরপ চেন্লক্লগা তম্লম্মী, "ইমা ইমা, ওহোকপনি ইচে থম্বাল ঐঙোন্দগী য়েৎতুম অমগা লুংদুম অমগা লৌরগা উচেক লাংমৈগী মশা ময়াম অমা মশাদা ফোৎচিনদুনা পাইখ্রে।" মমানা অওইব্রনে? তাদম্নী নঙনা হায়রীবসিবু হায়না হায়রগা লুখাক কোমদা মচে থম্বালবু লৈব্রা হায়না য়েংবা লাক্লম্মী। মহাক্না লুখাক কোম য়ৌবা মতম্দা মচা থম্বালদি লৈরমদ্রে। অদুগা থম্বালনা উচেক লাংমৈগী ময়ামগী মতুদু মশাদা ফোৎচিনবদা কেলহৌবা মতু খরা লৈমায়দুদা ইচায় চাইনা তাদুনা লৈবা উরম্মী। উচেক লাংমৈগী মতুশিং অদু লৈমায়দগী তাদম্নীগী মমানা খুঙ্গৎলগা য়াম্না নীংঙমদনা মমিত্তা মপী ঈরা চেন্না উচেক লাংমৈ মতুশিং অদুদা য়েংলগা, "ইমাগী ইবেম্মা থম্বাল নঙনা তৌরিবা মতৌশিদি করিনো? ইমাবু মঙলা তাইবংলা ইমানা ইচাবু ওকসনু শিংসনু হায়না তৌরগা ইচানা ইমাবু পোক্তবীদা পোক্তবী অতাক্লনা থনম্লগা পুক্সিগী ইমাবু থাদোক্লমদুনা চৎলব্রা?" হায়না মতোমতা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা ইমুংদা চঙখি।

নোংঙাল্লগা উচেক লাংমৈ শঙ্গু অমা অতিয়াদা পায়রকপা উবদা তাদম্নীগী মমানা, "হা উচেক লাংমৈদোং নখোয়গী নরক্তা ঐগী ইচা থম্বাল য়াওব্রা?"

উচেক লাংমৈ ময়াম অদুনা, "হো য়াওদেয়ে য়াওদেয়ে, তুংদা ময়াম পাইরকইবা অসিদা য়াওহৌবনি।" তাদম্নীগী মমানা তুংদা পাইরকইবা উচেক লাংমৈশিং অদুদা অমুক, "হা উচেক লাংমৈদোং নখোয়গী নরক্তা ঐগী ইচা থম্বাল য়াওব্রা?" উচেক লাংমৈ ময়াম অদুনা, "হো ইমা য়াওয়ে-য়াওয়ে সিদগী ময়ায় থংইবা অসি নঙগী নচা থম্বালনি।" মমানা, " ইমাগী ইবেম্মা থম্বালতোন অমুক্তদি ঙাইখো ইমানা নঙবু ওকসনু শিংসনু হায়দনা তৌবনি।" মমাগী বা তাবদা থম্বালনা, "হো মাইয়ে— নহালঙৈগী মতমদদি লূখাক কোমদা থমদুনা শুমজিৎনা কনবনে তৌরগা হৌজিক্তা ইমানা ঐবু নুংশিবিরকইব্রা? মাইয়ে মাইয়ে।" মমানা, "ইমাগী থম্বাল ইমানা ইচাবু ওকসনু শিংসনু হায়দুনা তৌবনি লাও লাও ইমাগা চাক চরা অমত্তা চামিন্নখিশি।" থম্বালনা, "ইমানা নুংদা নুংঙাইতরগা হয়েংগী নুমিৎতা চাক পুখম অমগা ঙা থোংবা মতুম তরেৎকা চাইশেন অমগা শাইজিন্দা থেৎতুনা থম্বীরম্মু।" হায়রগা উচেক লাংমৈশিং অদুগা পাইদুনা চৎখিরম্মী।

নোংঙাল্লগা মমানা চাক পুখম অমা ঙা থোংবা মতুম তরেৎ ঈশিং চায়শেন অমা শাইজিন্দা থেৎতুনা থল্লম্মী।

থম্বালনা উচেক লাংমৈ ময়াম অমগা লোয়ননা পাইরক্লুনা মমানা থল্লিবা চাক পুখম অমা ঈশিং চায়শেন অমা ঙা থোংবা মতুম তরেৎ অদু চার-থক্লগা উচেক লাংমৈ ময়াম অদুগা ফ্রং লাউনা পাইরগা চৎখিরম্মী। ■

# জয়ন্তকুমার অমসুং লাক্তাকুমার

**থায়না** মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমগী মহারাণী অনীখক লৈরম্মী। মহারাণী অনী অদুনা জয়ন্তকুমার অমসুং লাক্তাকুমার কৌবা অঙাং অনী পোক্লম্মী। জয়ন্তকুমারগী মমা অদু হিংচাবীনি। মহাক্না মতম পুন্নমক্তা লাক্তাকুমার অমসুং লাক্তাকুমারগী মমাবু চাগদবগী শেন্নদুনা লৈরম্মী। লাক্তাকুমার অমসুং জয়ন্তকুমার অঙাং অনী অদুদি অসুক্কী মতীক নুংশিনরম্মী মদুদি তূন্নে তুম্মিন্নে চারে চামিন্নে। মখোয় অনী নুংতিগী ওজাগী ময়ুমদা লাইরিক তম্বা চৎমিন্নে।

নোংমগী নুমিৎ অমদা লাক্তাকুমারগী মমানা লাক্তাকুমারনা লাইরিক তম্বা চৎলমদাইদা অসুন্না হায়রম্মী, "ইমাগী ইবুংঙো লাক্তাকুমার, নঙ পানখোক্রা তরেৎ হেক্লকউ।" অদুদগী মচা লাক্তাকুমারনা মমানা হায়বা মতুং ইন্না পানখোক্রা তরেৎ হেক্লগা মমাদা পীরম্মী। লাক্তাকুমারগী মমানা মাগী খোমলাং অমৃত অদু খরা শুন্নম্মী অদুগা মচাদা , "সে মসি নঙনা ওজাগী ময়ুমদা লাইরিক তম্বা চৎপদা পুখো, মসিনা খোম্লাং ওইনা লৈরিমখে ইমা করিশু তৌদে খল্লু অদুগা ইমানা পীরিবা খোম্লাং অসিনা করিগুম্বা ঈ ওই নাই ওই ওন্লক্লবদি ইমা শিরে খল্লু" হায়না মমানা হায়রম্মী। লাক্তাকুমারনা ওজাগী ময়ুমদা লাইরিক তম্বা চৎপদা মমানা পীবা খোম্লাং অমৃত অদু পুদুনা চৎলম্মী। অদুদগী লাক্তাকুমারনা মমাগী খোম্লাং অমৃত অদু পুদুনা "ওজা, মপাল অমুক্তা থোকউগে" হায়রম্লগা অনীরক য়েংবদদি খোম্লাং ওইনা অদুমক লৈরম্মী। অদুগা অহুমলক শুবদদি মমাগী খোম্লাং অদু ঈ ওই, নাই ওই ওন্দুনা লৈরম্মী।

মদু উবদা লাক্তাকুমারনা কীরদুনা মখা পাংনো মমাগী মনাক তান্না চেনখিরম্মী।

ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা ওজা অদুনা জয়ন্তকুমারগী মনাও অদুবু ফনশু মকুইরে ওজা মপাল অমুক্তা থোকউগে হায়রম্লগা চৎখিবা কদায় য়ৌখ্রবা জাৎনো? নঙ অমুক্তা য়েংউচো হায়না হায়রক্লবদা জয়ন্তকুমারনা, "ওজাবু ঐ য়েংজরুগে" হায়রম্লগা লাক্তা কুমারবু থিবা লাক্লম্মী। জয়ন্তকুমারনা মনাও লাক্তাকুমারবু মফম অদুবাইদা থিবা য়াবা থিবদা খঙলক্ত্রদুনা ওজাগী মনাক্তা লাক্লুনা হায়রম্মী, "ওজা ইবুংঙো ঐগী ইনাও লাক্তাকুমার অদু কদায় য়ৌখ্রবনো খঙদ্রে। ঐনা থিবদা থিফম খঙদ্রে" হায়না জয়ন্তকুমারনা ওজা অদুদা তম্লম্মী। অদুদগী ওজা অদুনা জয়ন্তকুমারদা অমুক হায়রকই, "নঙ অসিদগী কুরাও পাম্বী অবাংবো অসি কাবা ঙমগদ্রা?" জয়ন্তকুমারনা, "ওজাবু ঙমজগনি।" "ওজানা" অদুদি নঙ মসিদা কারগা ননাওবু উব্রা য়েংঙু।" ওজাগী বা অসি তাবদা জয়ন্তকুমারনা ওজাগী শুমাঙদা হৌরিবা কুরাও পাম্বী অদুদা পরপ পরপ কাখৎলম্মী। মানা মতোন হেক য়ৌবদা ওজা অদুনা "জয়ন্তকুমার নঙ ননাওবু উব্রা?" জয়ন্তকুমারনা, "ওজাবু মখা পাঙনা চেনবা উরে।" ওজানা, "নঙ মাবু ফাবা ঙমগদ্রা?" জয়ন্তকুমারনা, "ওজাবু ঙমজগনি" হায়না হায়রবদা ওজা অদুনা অমুক, "অদুদি জয়ন্তকুমার, নঙ ননাও লাক্তাকুমারবু ফাদুনা ঐগী নাক্তা পুরকউ।" জয়ন্তকুমারনা পুজরকে হায়না মখা পাঙনা কন্না চেন্দুনা মনাও অদুবু ফারম্মী। লাক্তাকুমারনা, "য়াম্বুং ননাও ঐবু থাদোকপিয়ু ননাও জীব হিংনবা চেনজখ্রগে।" জয়ন্তকুমারনা, "ইবুংঙো, ওজানা নঙবু অমুক্তা পুরকখো হায়হৌই। অদুনা ওজাগী মনাক্তা অমুক্তা চৎলুখিসি" হায়রদুনা মনাওবু থেমদুনা ওজা অদুগী ময়ুমদা পুরক্লম্মী।

ওজা অদুনা লাক্তাকুমারদা য়েংলগা হায়রম্মী, "ইবুংঙো লাক্তাকুমার, নঙনা করিগীনো ঙসি ওজা মপাল অমুক্তা থোকউগে হায়রম্লগা মখা পাঙনা

অদুক কন্না চেন্দুনা চৎলিবদি?" ওজা অদুগী বা অদু তাবদা লাক্তাকুমারনা অমুক হায়রক্লম্মী, "ওজা ঙসি ঐনা ওজাগী য়ুমদা লাইরিক তম্বা লাক্লমদাইদা ঐবু পোকপী ইমানা ঐঙোন্দা পানখোক্লা তরেৎ হেকহল্লগা পানখোক্লা তরেৎ অদুদা ইমানা খোল্লাং অমৃত শুমদুনা পীরগা হায়রম্মী— "ইমাগী ইবুংঙো ইমানা পীরিবা খোল্লাং অমৃত অসিনা করিগুম্বা খোল্লাং মচু ওইনা লৈরিবমখৈদি ইমা করিশু তৌরোই অদুগা করিগুম্বা খোল্লাং অমৃত অসিনা ঈ ওই নাই ওই তৌরক্লবদি ইমা শিরে খল্লু" হায়না হায়বিরকই। মরম অদুনা ওজাদা ঐনা মপান অমুক্তা থোকউগে হায়রল্লগা মখা পাংনা থবায় হিংনবা চেল্লিবনি।" লাক্তাকুমারগী বা অদু তাবগা ওজা অদুনা, "জয়ন্তকুমার নঙনা ননাও অসিবু খুদোংথিবা তারবদি কনবা ঙমগদ্রা? জয়ন্তকুমারনা, "ঙমজগনি ওজাবু ইনাও অসিদি ঐগী থবায়নি। চারে চামিন্নে, তুম্‌লে তুমমীন্নে" হায়না জয়ন্তকুমারনা খুল্লবদা ওজা অদুনা "ফরে ফরে অদু ওইরবদি হয়েং ঙস্তা অমুক লাকউ" হায়দুনা ছুটি ঙন্না থাবিরম্মী।

অহিং ওইরক্লে। জয়ন্তকুমার অমসুং লাক্তাকুমার কা অমত্তদা ফমুং অমত্তদা পুল্লপ তুমিন্নরম্মী। জয়ন্তকুমারগী মমা হিংচাবীনা লাক্তাকুমারবু চানিংলদুনা, "ইমাগী ইবুংঙো লাক্তাকুমার জয়ন্তকুমার নখোয় অনী উদবদা ইমাদি লৈবা ঙমদ্রে। থোঙ হাংদোকউ" হায়না হায়রকই। মমা হিংচাবীগী বা অদু তাবদা জয়ন্তকুমারনা, "ইমা হয়েং নোংঙাল্লগা ঐখোয় উন্নগদবা লৈরে। ঙসিদি ঐখোয় তুমনিংলে থোঙ হাংদোক্লরোয়" হায়না খুল্লম্মী। অদুদগীদি মমা হিংচাবী অদুনা শাওরদুনা থোঙ নমখায়দুনা নীল খোংলদুনা লাক্তাকুমারবু চারগে হায়না চঙলক্লম্মী। অদুগা মহাক্না লাক্তাকুমারবু চীংদুনা পুগে তৌরম্মী। মদুদা জয়ন্তকুমারনা শাওরদুনা মনাক্তা লৈরিবা থাঙ অদু পায়দুনা মমা হিংচাবী অদুবু মতু প তরেৎ থোক্লা মকক-মকক কক্লুনা হাৎলম্মী। অদুগা

মানা লাঙাকুমারদা হায়রকই, "হৌজিক্তি ইবুংঙো ঐখোয় অনী লম অসি থাদোক্তুনা দেশ কোয়বা চৎলসি।" অসুন্না মানা মনাওবু পুদুনা দেশ কোয়বা লাক্লম্মী। মখোয় অনীনা অসুম লাকপদা দেশ অমগী খুঙ্গং অমগী ইমুং অমদা থুংলম্মী। ইমুং অদুগী নুপী অদুদা মখোয় অনীনা ঙসি অহিংতদি লেকচগে হায়না হায়রম্মী। মদুদা ইমুং অদুগী নুপী অদুনা, "ইবুংঙো ঐখোয়গী লম অসিদা লৈবা হিংচাবী অমনা নুংতিগী য়ুমথোংগী মী অমমম চায়। ঙসি ঐখোয়গী পালি থোকই। অদুনা ঐখোয়দা লেকপদি নুংঙায়রলোই।" ৱাসি তাবদা অঙাং অনী অদুনা, 'ইবেন অদুগীদমক্তদি করিমত্তা নুংশা থীবিরুগনু। ইবেনহোয়গী চাকথাকফম মফম অদুদা ইচিন ইনাও লেকচগে" হায়না অঙাং অনীনা হিংচাবগী চাক থাকফম অদুদা লেকপা চৎলম্মী। মফম অদুদা মখোয় অনীনা খন্নরগা হিংচাবী অদুবু হাননবা য়োৎচৈ অনীখক মৈথাদুনা ইৎলগা থন্নম্মী।



*জয়ন্তকুমার অমসুং লাঙাকুমারনা হিংচাবা হাৎপা*

অহিংগী য়ুথক অনীশুবদা হিংচাবগী চাকথাক মতম ওইরদুনা হিংচাবা অদু লাক্লম্মী। হিংচাবনা মপান্দগী, "ঐ লাক্লে ঐগী ঙসিগী চাকথাক ওইরিবা কনানো? ঐগী ঈশিং অশাবা পুথোক্লকউ।" অঙাং অনীনা, "নঙগী ঙসিগী চাকথাক্তি ঐখোয় অনীনি। নঙগী ঈশিং অশাবা ঐখোয় পুথোকপা ঙমলোই, নঙনা হায়গদবদা হায়রু।" বা অসি তাবদা হিংচাবনা শাওরদুনা মখোয় অনীদা পুময়োৎ য়োৎলগে হায়না ময়া লৈথক লৈখা খোন্না ঙঙলদুনা থোঙ নমখায়দুনা অঙাং অনী তন্না চোংশিনরক্লম্মী। মদুদা অঙাং অনী অদুনা মৈ ইৎতুনা থল্লিং. য়োৎচৈ অনী অদু অমমম তাপ-তাপ পায়রগা হিংচাবা অদুগী মমিৎতা থিন্দুনা হাৎলম্মী।

নোংঙাল্লগা ইমুং অদুগী মীশিংনা অঙাং অনী অদুবু য়েংবা লাকপদা হিংচাবা অদুনা শিদুনা লৈরিবা অদু থেংনরম্মী। অদুদগীদি ইমুং অদুগী মীওইশিং অদুনা হিংচাবা অদুবু অঙাং অনী অদুনা হাৎলে, হাৎলে হায়না শন্দোকখিবদা লৈবাক শীনবা থুংখিরম্মী। অদুদগীদি খুঙ্গং অদুদা তাবা প্রজা মীয়াম্না অঙাং অনী অদুদা করি মনা পীশিগে হায়না খন্নরম্মী।

লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুনা অঙাং অনী অদুনা হিংচাবা অদুবু হাৎখিবগী মনাদি কনা অমত্তনা পীহল্লোই মহাক্না ওইনা পীরগনি হায়দুনা মচানুপী রাজকন্যা অনী অদুবু অঙাং অনী অদুদা থাজদুনা সনা কোনুংদা অঙাং অনী অদু নুংঙায়না লৈহনখিরম্মী। ■

